ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটি উরিপোক
নাওরেমথোং ইম্ফালগী থা ৩/৩ গী ওইবা চেকোং

# উমং লাই খুন্দা




সম্পাদক :—
শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ

অহানবা চহি

মশীং :— ১
মমল — ৩.০০

| | অইবা | হিয়ম | লামাই |
|---|---|---|---|
| ১। | | রামাং য়ানবা রাহৈ খরদং | |
| ২। | | সম্পাদকীয় | |
| ৩। | কুলচন্দ্র সিংহনা মৈতৈ ময়েক্কী শিন্দোকপ। | নোংশাবা লাইহুই | ১—১৭ |
| ৪। | চন্দ্রশেখর সিংহ | মণিপুরী আদি-বাসীশিংগী খুৎশা হৈবগী থবক | ১—৮ |
| ৫। | ভোগেশ্বর সিংহ | হৌখ্রবা মাইচৌশিংদা | ৮—১২ |
| ৬। | " " | মাইচৌশিংগী কবিত্ব শক্তি | ১২—২০ |
| ৭। | কুলচন্দ্র সিংহ | মাইচৌশিংগী নিংশিং তুম্বিং | ২০—২৪ |
| ৮। | এম, ইবোতোম্বী সিংহ | থা ১২গী ওইনা চাহৈদবা চিলহৈদবা পোৎশকশিং | ২২—২৪ |

## ৱামাং য়ানবা ৱাহৈ খরদং ঃ—

### মাইচৌশিংগী নিংশিং নুমিৎ

অহানবা তাং ১০।৬।৭৫ ইং

লাই ওইখ্রবা ইপা ইপু ১দি মাইচৌ, মাইনৌশিংগী মফমদা অঙম্বা ভক্তি খরদং ওইরবস্নু কংপা, হায়বসি ঐখোয়গী তৌদকা য়াদ্রবা ইথৌমক্কি খন্দুনা “ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিনা থৌরম অসি পায়খংচবনি। ঐখোয়না মথং মথং থৌরম অসি ৩ লক পাংথোকচখে। ঐখোয়গী থৌরম অসি পিরবস্নু য়াম্না মরুওইবা থবক অমনি হায়না লৌবিদুনা মণিপুর স্টেট কলা একাডমীনা ২ শুব ১দি ৩শুবা মাইচৌশিংগী নিংশিং নুমিত্তা মতেং পাংবিরক্নি। তুংদস্নু তংতুনা তেংবাংবিগনি হায়না আশা তৌরি। থৌরম অসিদা নৈনখিবা ৱাফম পুম্নমক চেফোং অসিদা ফোংদোকচগনি। মসিনা মৈতৈগী ইনাৎ থিজিনবা ১দি লিচৎ শাজৎ শেমগৎপদা খরদং ওইরবস্নু কান্নবা ফংলবদি কমিটিনা নোমজবগী মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজগনি। ভারতকী জাতি খুদিংমক্কী মৈতৈ জাতিগী ওইবা তোপ তোপ্পা লাইনিং লাইশোন চৎনবী কয়া ময়েক লানা উবগনি।

পৃথিবী পুম্বদা ফাওরিবা মৈতৈ জগোই (জগোই রাস হায়না খংনরিবা) অসি মুক্না, থাংতা, অমদি মৈতৈগী লাই হরাওবনা য়ুম্ফম ওইরগা শেমদোকখিবনি হায়বসি শোয়দনা উবিগনি। পৃথিবীগী চাউখৎপগী লমজেন্দা শোত্থদনা লৈন্নবা মৈতৈ ইনাৎ কন্নবা হেনৎনবা মতম ওইরে। মরম অসিনা অখং অহৈশিংনা মসিদা তেংবাংবিয়ু উমংলাইগী মরমদা তাকপিরকপা পাওতাকশিং কমিটিনা হরাওনা লৌজগনি। অখং অহৈনা পাওতাক পিবিরক্লবা পুথোকচবা চেফোংনি। জাতিগী ওইবা করিগুম্বা খরদং মীমাংদা উৎচবা ওন্নবা হোৎনজবনি। সমাজনা তাথিবিরোই নিংজৈ।

— সম্পাদক —

তাং ১৩।৫।৭৮ ইং

ইম্ফাল।

## সম্পাদকীয় :—

"উমং লাই খুন্দা"

"ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিনা।" উমং লাই খুন্দা হায়বদি— উমং লাইশিংগী ৱারী ৱাখোং পুথোকপা মতম ওইরে খন্দুনা অহানবা খুদোল ওইনা সমাজদা লাক্ষোকচরি। কমিটি অসিনা মৈতৈ লৈবাক্কী ( মণিপুর ) গী মনাং মাংদনবা হোৎনবা মরুওইবা লাইফমশিং নিংশিং ফুরা-দলাম্নচিংবা, অরিবা পোৎ-চৈ, পুয়ানচিংবা মাংখিদনবা হোৎনবা, লোয়ননা তোঙান তোঙানবা উমং লাই ( লাইরেম্মা ), লাইনিংথৌশি গী পুন্সি ৱারী পুথোক্লবা হোৎনজরি। অহানবদা "গুরু নোংশাবা" গী ৱারী পুথোকচরি। মথংদা থা ৩/৩ খুদিংগী উমং লাইশিংগী ৱারী পুথোক্লবা হোৎনজগনি।

চেংফোং অসিনা মরম ওইরগুনা অমাইবী অমাইবা, অশৈবা ( পেনাখোংবা ) ১ দি মাইবা ( শেলুংবা, হজ্ঞবা, ) মাইনৌ, মাইচৌশিংনা চৎকদবা ১ দি লাইশোন তিনশে ন্নচিংবা নৈনগনি। মসিদস্মু নত্তনা লাইবুশিংদা তৌগদবা থৌরম হায়বর্দ হৈকং লৈকংনচিংবস্মু য়াম্না নিংথিনা নৈনজগনি।

হৌজিক্কী সমাজনা থেইদোক হেন্দোক্লা লাই হরাও হায়বা থৌরম অসি য়াম্না পাম্না চৎনরকই। মরম অত্তন লাই কমিটিশিংগী থৌগল তৌবিরিবা ইচিন ইনাওশিংনস্মু মইবা মাইবীশিংদদা ঐখোয় ঐখোয়গী অফ-ফত্ত শিন্নহুনা ১দি থাজহুনা তুমিন্না কুম্মৈ য়েংহুন লৈথোকপা মতম নস্ত্রে খঙ্গে। মরম অত্তুন চেফোং অসিদা কমিটি খুদিংগী মোং ফোংদোকপিনবা ( অচুম্বা ) অধিক র লৈগনি।

করম্ব করম্বা লাইনা করম করম্বা চাকচা চাবগে? করি কৎপা য়াবা য়াদবা, হরাওরগা মংগদবা হরাওদরগ তোংগদবা অসিনচিংবা কুপ্পা য়েংশিনবিবা মতম ওইরে। ঐখোয়না পাংথোকচগে হায়না খঙ্গরিবা থৌরম অসি ভারত সরকার অমর্দি মণিপুর সরকারগী থবক্তা তেংবাংজবনি হায়না খল্লি। হায়বদি থৌরম অসি "মে নুমেণ্ট ঐক্ট" কা মরী শোয়দন লৈনগনি হায়না আশা তৌরি। হিরমসিদা সমাজগী অচৌবা মতেং দরকার লৈ।

---

# নোংশাবা লাইহুই

হয়াহে তাইবং নোংশাবা পানবগী মপুরেন খোয়রুম কোরৌ সিদবা নঙবু মালেম তাইবঙ পানবগী মপুরেন, চিঙঙু, তিল্লুপ লুচিঙবা খোয়মোম য়ায়বিরেন সিদবা নঙবু কাংপি চিঙকা লুক য়িরা নপিচিক চাংভৌ চেপ্পা লোন্না হন্না হন্না পুরুম্লবগা চিঙঙু মালেম তাইবংপানবা পুন্নমক্কী কেরৌ মনোংথোবু ওয়রিবা নঙবু খোয়মোম নত্তিক শায়েনবা চিঙঙু অমম্ববু মপালাক, খোয়মোম উদববু মমিতম্ন খচিক্ক তেংথারককে চিঙঙু অরাং ফাংলৌ লাইমাখোম্বা নঙগা খোয়মেম লায় পুন্নমক্কি মপুরেন নঙনা চিঙঙু সনা হকচাংলেন্দ মেম্নু স্নুনা থাংতিল লঙ, ফৈপাক তাবুল লঙ চারি থাংন লংকুম্না তাসিলবগা, মালেম তাইবং পানবগি মবুংঙো সাররা তুখোং অমানা নুমিং লাখা থেকবুম্বানা খোইমেম লায় পুন্নমকপু থোকমা নাহলেলবগা চিঙঙু লাইশক থানা মালেম চিথেক মরিমক মায়গৈ নিপালমক স্নুঙদায় তরাতরুকমক্ত মালেম লৈপাক ঙাকহললে হায়দবরা। চিঙঙু নঙঙোন্দগী খচিক্কন তায়বঙ থরায় পুন্নমকপু থরায় তেঙখল ওইরিবা চিঙঙু সনা হকচাংলেনগা তাইবঙ নিংথৌ অপানবা ছুবী য়োয়নোঙদা নেঙদা লাইরেল পাখঙবা তুবি অহিং মিওয়্নবা স্নুঙথিল খোয়মোম লাই ওইবগা লাইশক অমত্ত ওয়না সনা পুমতাব্রিককুম তাসিনবা চিঙঙু কোলোয় নমিং থোলবু চিংলেন নোংদাই নিংথৌ থোংনাং লাইচা খোম্বা সিংলেন লৈচা হকপা উরেল উথা নিংথৌ বুথালাংগা ফাবা নংগী নশানৌ য়োয়বু খোয়মোম লাইরেম্মা থোংনাং লাইচা খোম্বী শিংলেন লৈচা হকপি খোয়য়ুম নবিঙানি চিঙঙু ঙাঙাল

আরাবানা নুমিৎ লাখা থোককুম্বা থরানপিচাক খোমচোমনুবি পুম্নমক্কা চিঙঙু নঙাল অরাবা লাইনিংথৌ নঙগি কোলোই নমিংথোনববু উরেল উথা নিংথৌ রুথা লাংগাফাবা নেংথৌ চিঙঙু নোংশাবা, রাংবা নিংথৌ লিহৈবা, খাকপা নিংথৌ পঞ্জ ম, কোরৌ নোংশাবাও তৌনা কৌই হায়দবরা, খোয়য়ুম লাই পুম্নমক্কী থরাই মিরে নবু ওয়রিবা হে খোয়য়ুম লাইখিংথৌ নংগী সনা হকচাংদগী তানথোকখিবা খোয়য়ুম অতিয়া নামুংবা খমনুং য়াইথোং রায়েনবনা স্না ক্বাগেকা মথা ওয় খোয়য়ুম কংলৈ অসিবা চিংঙু তিল্লুপ লুচিংবা খোয়য়ুম সনথোং লাইনিংথৌনা স্না কাগোক মখুম ওয়না মালেম তাবং পানবগী মবু ঙোন গা নশানৌ মালেম তম্পাক লৈরেনহনবিগাফম্বী য়ৌফাদাবা অসিদা নুংঙাই মরাং কায়না পাল্লবদা খোয়মোম লাইস্না হেলোই তরেৎমক, চিংঙু হিরৈমা তরেৎমক্কা চারৈমফি সেললাল শিলেন লৈরালনা য়ামলা হুম ই মাইরেং হৌ কাংহৈ মিতম স্নুনা হয়িং পেংলোই হুম মালং ইচিক থেম, খমগোল অয়াংবনা তোংলেন তপ্পশিং শারা হকচিকলাং, লৈনম ফনবি পুক্লিং হুনা য়োইনা থৌগললবা লাইয়িংথৌ নংবু খোয়মোম লাইরেম্মা লৈমা লাইখুৎলেম্বী চিংঙু, তনৌ নোংতারেং অনিমক্কা নোংপোক থোংচাউ ঙাক্লা থৌখল্লবা লায়য়িংথৌ নঙবু কোরৌ নোংলেন তরেৎমক, মালেম লৈরেন তরেৎমক্ত মালেম তায়বংপানববু তেনৌ য়োংপি হুইরেল ওয়না ঙাকলিবা নংবু চাকমোম খাম্বী মৈতারেং অরাবা লাইজা ইরিকলাই মালং নুংশিং হুমরোইবা হামলেন লৈচিন সিফাহুলবদা য়োফদবা লায়য়িংথৌও চিংঙু নঙাল অরাবানা মালেম তাইবংপানবগী মরোল অহুমমকপু ফাওনা ঙাল্লিবা হাকতক লাংরোল খুদিংগি চুক কুমশিং মরিমক্তা নমু পোংবু ওয়না পোল্লবগা চিঙঙু নংনা মালেম চিথেক মরিমক মালেম লৈখানুংগী লেমলৈ শকতানাবা য়ারোশা থেংগু থিংগু লাইরিবিচা লাংগোই মোইশা, শামু শয়াপাল তাংজলিলা নিংথৌ তোকলেন লিশিং পানবা চিঙঙু হকচাংলেন্দগী

তাথোকখিবা খোয়মোম লেংনা তিনবা পুম্নমক্ক প্রুম্নবা লাইয়িংথৌও নংবু নাকুম কুমগাওদনা য়াবা থানিল নোংদা লোইদাম কালেন থাদা তরা চেংপুমপৈ চামলো লারোল ঙয়থিংয়েন। হৈরাং পাকতক্ক তাউ-জিং ফাহাপ্না শিংঙেল লয়ছুলতম লৈরাং খয়োম সেম্না নোইনু থুমজা মাইপৌবিবু চেপ্না লোননা ঙাইরোং শিংপাকছুল, য়েক্রম কাংখিলনা মালবি চকলৈ কাউনে তেকপি স্নুকলেন পলমথাকি মলেম লৈথোং রোককা, ঙান্ন খেরে চিনপাকপি চাগা, কায়রৈ চেংগোই মানবস্নুং য়াউ, পানবোক শিবোল, থোইদিং পোলস্নুং পোলমাতৈ, মোরোক পোলস্নুং পোলমাতৈ, লেমলৈ তুকথাবা রালচেং তুক তাবাস্নুং মশিংস্নু চরৈ ফিনৌহোং শিঙেল লৈরাং নিংথিবনা কোকলেন লুফমহেল স্না লুপা পুংবুরেম থেলমাই লাংনা লাইরেল ননোংয়াই পোয়রৈ নি থৌ খুননিংথৌগা। য়োয়বু তম্ফা মশানৌ কংলৈ মৈতৈ লৈমাগা চিঙঙ্ মাইকৈ নিপালমক স্নুংতাই তরাতরুকমকপু মালেম লৈকোর ফম্বা নিংথৌ লৈপাক ঙাকপস্নুং চিঙঙ্ নংনি খোয়য়ুম নংবু লাইজা মায়েং তাদবা সানা কোলজু থাউতাবা মালেম খোইমিং চেপ্নুবা কাচেং হিংকাদবা থাজা তেকহৌয়াই। কুমজা পালহৌ য়াই কুম্বা কোরৌ নোংমতোলতাকি চিঙঙ্ লাইরুপ পুম্নমক্কা উনবি পুক্লিং পিক্লা প্রুম্নবা লাইয়িংথৌ তাইপং নোংশাপাল মালেম লৈনেম থক্কি থব্রাই নিংশা হোম্রিবা পুম্নমক্ক প্রুম্নবা চিঙঙ্ নারোই লোইহিক অমাদি খোয়য়ুম নহিকশাং. ইরেং পুবালো লোকি অমা। লাইহনুবা তরামা খম-লাংবা পললোলকি লাইহনুবি চাম্নামক লাইপাখং মাপলমা, লাইনুরা তরেংমা খোয়য়ুম কৌক্র অস্নুপ্না চিঙঙ্ নোংচুপ অরিব খোয়য়ুম শম্লোং অরিবা লাইয়িংথৌ থাংঙা য়ুস্নুম হাংদনা কাশা লাই ওয়নবা, রাংব্রেন খানা চাওবা, নোংপোক মালং হুমোইবা, চিংঙ্ কাইনৌ চিঙশোম্বা থংব্রাই মান্না নিংথৌ খোইমোম রোংজা চিংমাবা, ওংলৌরেম লৌথিবানা থাংচিং লাইমরু চিংঙ্ নোংথৌ পোরারেল খোয়য়ুম

মচিল মরি পালবা নাঙল অরুববু খোয়য়ুম নারমবু লৈনুং অশৈবা থাবা লাংথংচা তাউরোই পুংলেনগী অশৈ পলমাবা শংলেন য়াইনে। য়োইরেলশংমা মাথি লাইসনা যুম্মাথৈ য়মতিংলানা যুমকুপশঙ মুমলাংনা শাইতাশঙ য়োইরেল শঙনামুংনে। অমাই লেংনা তিলনা শঙলেনয়াইনে। অঙৌবা তুরেল রাংমা নিংথৌ কংলৈ ফালথোল তৈনা থাবগা অঙৌবা খুরাই লৈমগা হেবু পুখ্রনবগা নোংথোল তেংমাইথিলবগা ফমদো লেংনা তিল নাইজা লেংনা ফাংনা নদাইরেম শিননাইনানি লোংবা সিলজারোংগা নাতেবানা তালতে থাংশাবানা তালখোং তেংগোল শাবা লিললি চিললেকপা খোইনিং শেইলোইনাই, হিংজাবা থেংজা কোইজাবা থেংজা খুংহৈবা চিংঙু মমাইবি পুন্নাতিলনা লোইবি চিংবুরোইবা হেমবা তম্ভুথনবানা শিঙেল লৈয়াম হুল লৈরাং খায়োম শেন্না খোইয়ম লাইশকথানা পুরুন্নবা লাইয়িংথৌও নিংথৌ মরোল খুদি দা কুম্বী রাকাউদনা লাইরেল থাজা রানিলদনা কোরৌ ললশ না রাংবল পাউ ফানাবা লাইয়ি থৌ নংনা খোয়য়ম শালরোল নতে য়াম্না মালতক হাও খম্বাদা তাররে। মালতক খম্বাস্নং চাউহৌ শাংহৌরে। মালতক পুন্নমকস্নং নু ঙাইনরে মোইরাং খোরি য়াইনা মালতক চিংদা কা পাথৌ লল থোয় তালবদা মালতক খম্বানা তমঙময়ে লাইনিংথৌনা ঙাল্লনা শানা লৈবাবু চেংলৌ মিথিংলাবগি ইনুং শোয়মায়াইদা কেগে খোরি য়িয়াইনা হুরকলে মেইরাং পুখ্রেমস্নং চাউনা শাংনা খোরি য়িয়াইস্নং নুংঙাইনারে খোয়য়ুম শালরোল য়াম্বা নঙনা পুখ্রাম মরাংয়াইদগি রানু মাপুঙ য়াইদা রাইথুংলে রানুংচাবু তাবাদি খুলপুক মরাংহৌ যুমলেল মনিলনাই নুংঙাই মরাং কায়না পানফরে।

হে খোয়য়ুম শালরোল য়াম্বা নঙনা চিঙঙু নতিক অরুবাবু নামু মিশক অমা ওয়না শালংফাংলগে হায়বগি লোইবি চিঙবুরোইদা পুন্নমকু প্রুমনাস্নো হায়বগি চোথে নুংশুক চিংদাংখোং তাংলৈ চিংমকল তোললুকচিঙ পানবি নাওথেম চিঙ চোথো মুরাবি হাওনু তোলতুনুং লৌথিবিনা মপারি শাঙবা নমেম ফুইদবকি থৌহু

নুংঙুমমাপু নমদ পো পালবি নিংপাকপিবু খাদা পন্না নেনে পাও-থেম চিং য়িন্থু চোথে পাখংবাও অইনা সে নেমসে হায়ঙৈদি নেমলকও সে রাংসে রাংসে হায়ঙৈদি সে রাংলকও হায়না মহু চোথে পাখংবাবু লালকৌ চিঙ সমপুম মাতা ঙায়বংবু হুললান চিঙ লোইবি য়িশিং-খোং অমদি তসমকই হেম্বা য়িশিংখোং অমদি তুই খারোক মাংেম ইশিংখোং অমদি চংবি য়িমমাথৈ। লোইবি ইশিংখোঙ লমদাং অমদি সেনপিতাং নুমিতৈ হেম্বা লমদাং অমদি লুরাং তাং লোইবি লমতাং অমদি কাশনতাং চোথে লমতাং অমদি থোংনাং লাক হেম্বা লমতাং তবানিথেইমা লালহুম শকেক তাক থোংনাং কাম্বা অথৌ-বা ফানরমনে।

চোথে লমদাং অমদি লাংখোংও কৌই। চোথে লমদাং অমদি তাংলৈও, লোইবি লমদাং অমদি চোথে খাংচেল অমদি খোংও। হেম্বা খাংচেল অমদি তাংলৈও, মাললেম খাংচেল অমদি তেললুও, চোথে খাংচেল অমদি চোথে নুংকাং চিঙ, হেম্বা ইশিংখোং মঙা ফাংবা চোথে লমদাং মঙা ফাংবা হেম্বা খাংচেল মঙা শাবা চোথে নুংশুক চিঙ তাংলৈ তাংখোং চিঙ নাঙেবা লৌমলকোল পামং মচল থিংঙা তাউবিনা মথিং লাইরেম্মাবু য়ুকৌ চিঙদা খোয়মোম লাইয়িংথৌ নঙঙোলদা তুপি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবনা রাহংলকই পামং মচল থিংঙা তাউবিও নঙংগি মাংশোক লাইন থংবদা নাচেঙ নাফৌ সনমি নাইমি মাবু কুবিগে। ফমলেন খা থংবদা করি শেঙ্গাউ মেললি খুচাই মাচি পৈনা কুবিগে হায়রবদা পামং মচল থিংঙা তাউবিনা পাউখুলকই হে খোইমোম লাইয়িংথৌ নঙনা লল-কুবিবসিবু মাই কদৌনশিবানো তুবি নারুল হুবিরমও লাইরেল নাতাংমকপু শিংপিরমও হায়রবদা মথিং লাইরেম্মানা ঐদি তাংজা নত্তে য়িরুল হুফরোইয়ে, লিলহা নত্তে ইতাং শিংফরোই পামং মচল থিংঙা তাওবিও কংলৈ নংগী নাসুমাংদা সকলোং চরৈম্মাবু

থাজাও হায়রবগা লাইয়িংথৌ মথিং লাইরেম্মানা মরোই মাতাংলৈ তাংলৈ অয়াংবদা থৌশিরক্লে। য়িরে ই য়িত ংলৈ তাংলৈ অয় ংবা নংদি লায়জা য়িরোল নুঙদগী ফকলোং চারৈ চেললুও। খৌনাইবা নঙনা নুঙঙৌ তোংগা চেললুও, মুকনাইবা নঙনা হামুক তোংগা চেললুও। হায়রবদা মরোই মতাং লয়না ফকলোং চারৈ চেললে। ঙৌনাইনা নুংঙৌ তোংগা চেললে, খৌনাইবনা লয়চেঙ তোলগ চেললে, মুকনাইবান হামুক তোংগা চেললে লায়য়িংথৌ মথিং লাইরেম্মানা পামং মচল থিংঙা তাউবিদা পাউমেলকই হে ইমোমও তুবি ঐনা ফকলোং চারৈ থকসিদা। চৌনা ওলিঙৈদি অঙৌবা য়েকতম লৌও, লাইরেল ঐনা ঙাংনা ওললিঙৈদি ঙাংদম লৌও, খোয়মোম ঐনা মুনা ওললিঙৈদি মুকমৈ নারিল সোলনা লৌও। থাংঙা য়ুম লাইথিংনা লৌও। খুনবি নোংবি নোংলৈশনা ফৈথিংনা লৈখাম তারৈ য়ালনা হেম মোইন লৌও হায়খিয়ে। কুকি অহোংবা লায়কি অচৌবনা তুবি য়োই নোংদা লাইরেল পাখংববু য়ুকৌবগী কুকি হোংনা ঙমদে। লাইকি অচৌ নাঙমদে মৈনা ৱাইনা য়ুকৌবদি অৱাং মুংবি চিতাইরেম থংৱাই নেংশাখাম য়াংফম চাক-লিকপোক। ঙারেল তোংহাল চিঙ সাতং খাংচেং চিঙতা কৌবরেল অঙাং ঙানা মৌপি কোপচলয়ৈ, কোংয়াং খারাই শানা তাউচিং হৈরি লোংচুম্বা খমগোল লোংজুম্বগা লেমলৈ কিলতাবা শারেং অতেকপগা তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাথবা নুমিং সনা খোমতোলকি নুমিং সনাপুংগোইনুংদা ফমফম্বা লায়য়িংথৌবু য়ুকৌবদি লাংগোই শামায় ওল্লা লেপলময়ে অহ নোংগী ময়না ৱায়না য়ুকৌবদি নোংবাল হোংনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবনা নোংবাল শাকংচিঙ লুৱাং লাং-হৈথেলদা চামু লুকমাতৈ চাঙৌ লুকস্নমুং লুকমাতৈ য়ারৌ শাতোকপা তোকমু মৈশাংববু য়ারৌ চঙনা কংনা য়ু কৌবদি। তুবি পোকমাবা লাইরেল শাংমাবা নঙনা নোংবাল হোংনেম লুৱাং মিংথৌ পুন-সিববু মামৈ লাকনা চিংথুবা মাশিং শিংনা ফুইথুবা হলবাশিনৌ

কুরাংবাসন। থুপচলববু য়েয়ন। লনকুয়বদা খোয়মোম নারসকু চিঙঙু নথৌচালনা চোথে মনিল নাই, লোইবি মরাং হৌনা পাল্লবদা চোথে শম্বুম চিঙদা খোয়মোম নত্তেহে চিঙঙু নারোল হকপা নঙনা খোয়য়ুম নশক ওয় ফাংতা৷ চিঙঙু লাইশক তম্না থম্নমগে হায়বগী কোলোই নমিংথোলবু থৌহু নুঙমিংনবা খোয়মোম নুংজোংবাও কৌনায়ে হেম্ব। তম্বুথনবা লোইবি চিঙবুরোইবগী কোরৌ মনোংথৌ রাংবল মকাশবু ওয়না শাইরোলনবদা খোয়য়ুম নামুংবা নংনা পোয়রৈ শাংফম রাঙম নারৈ নেংনা হলরাইরগে হায়বগী কেগে চাউবা পুঙ মেইরাং শাংবা য়াইদা পাকিরি মায়োইরেম্বী পায়মা মলিল কোয়কি য়িরাং পুরিকলায় লায়ি লানথাবা মনোংয়াই মোইরাং শাথিবনা য়াংলৌ ময়াই খায়না ঙাবা পোংতম্ব তেনৌ য়েংপুন ওয়না পাথৌ ললথোই তালনা তলনা হয়জা অরোইথিগে হায়বগি চোথে মপুংয়ায়বু কাখিববু অহিং নুঙশোই য়াইমাদ খোয়য়ুম লাইম্বিংথৌ নঙনা চিঙঙু নাঙাল অরাবনা চকমোয় থাউমৈ থাল কুম্ববু লমওকনরবগি খোয়মোম উনবি পুকমালনরবগি শাথি থাদা কোলনা অহিং ইনুংশোইয়াইমাদা কেগে লৈ তরেৎ য়াংতৈখা মোইরাং য়াংখোংচাম্বা খুলফমলেন সম্বোং মোরিবারম শম্বোং পুনেম্ব। মচিঙলেন সম্বোং রাখাইচেং খাইচেং অহলবা মচিঙলেন লোইরেল খুনবিরোক লোইরেল সনাপুঙ পুরুম তাইপিলোক য়োইমায়াই তাউদনবা তাউরোইনাই অঙানবা ম্না খোম্নাদোলগা তাউহুইরেং অহলবাগা মখোয় অহুমমক খ্বাই নোংজেংবম পিবা খাবা ফালতোংবাবু সোংগিববু সোংগি রাকি মালেম লৈখারোল লোইরেল খুসবিরোক্তা সানথুপ নোংদা য়োইবু রাঙমলোল পালথোইবি শকলেন মাঙালনাইবি চেংলৌ মিংপু ঙকপি চিংখৈ লৈমা পালতমকুম কুপফেংতা কুপলকপদ৷ মপোক খোয়রা য়ালহৌবি মৈরা ফানিকনা য়িরিক কানকনাবি লিলতু অচংবা খাংনপনা খাউরৌ লাইথা থানবি কোরৌ নোংমাই হলবি মালেম লৈমাই হনবি লাক-

শাবনা লাক মঙাশা, খোপশাবানা খোপ মঙাশা, কাইরৈ অঙৌবাবু শামু নাক্তা য়েপ্না য়োইমায়াই অঙানববু পাউ থেমলমই লোইরেল স্নাপুঙদা রাইথুংলাবদা শাথি মরাল য়াইদা রায়থুংলে।

খোয়য়ুম লাইয়িংথৌবু কেগে পুরেল অহোংবা মকাইফমদা মাই-বারেল পুম্নমানা পাখং য়ুম লোইহৌ মোইরাং য়ুমদাং শাংনা কোরৌ ললশানা রাংবল পাউ ফানবানা শাথিবা মলিল তাংবাদি মরাল সঙজা কোলখিললে। তায়িম নাইশিরে কেগে মনিল্লনাই মোইরাং মরাংহৌরে পানফরে।

ময়ুম খম্নাং পামশাবা মনোংয়াই মুংয়াং ঙাইরকপগা লাইরেল মৈদিংঙু মোইরাম্বা স্না য়িতা কাফাবা তোলবা য়ুম্নাবাগা, রাঙম নিংথৌচা অনিমক্লা হয়চা অরোইথি পাথৌ-স্নালথোই তাল লেমলৈ ঙারোলবদা কৌবা য়াইরেকপা ফায়েং নোংফাইবদা মুংয়াং ঙাইরকপানা শাথি মরাল য়াই মোংবা লপলেনকাদা চরৈ য়ুখল হায়গংপবু চিঙঙু মঙাল অরাবনা নুমিং লিশিং থোককুম্বাবু মিংয়েং শানখৈরাবাবু মুংয়াং ঙাইরকপদা তেনবা য়ুম্নাবগা অনিমককা, খোয়মোম লাইয়িংথৌ নঙগা রুনবি পুকম ন্ননা অহিং ইনুংশোইয়াইমদা চরৈ নাহোংশা মাললৌ থুপকিননা লোক্তাক য়িমাই খায় রাকয়ৈ খোংওইননা হায়েল-চাবু তাবদা রায়থুংলে নুমিৎ খোংমৈনেমনা পানথুপলাবদা খোইয়ুম মমাই অরাংপানা শাললকলবগা চিঙঙু নকাইফম হাউনু খুচিলনুং রোলবি মরমখৈ খোইপু লৈশংপা ময়ুমখৈ নোংয়াই লৈশংখেংদা লাংহৈকুমচা রোলনা লৈরম্লবগ কংলৈস্না পুঙময়েলবু য়ৌরগে হায়বগি নাচেঙ হলরাইরকলবদা চেংফৈ মকায়ফম্ নংতে- ননা য়োইময়াই তউদনবা মাংগোল মনোংশাবু খাংপেক য়িপুমখননা পোৎথারমই।

চিঙঙু মমাই অরাংপানা পোয়রৈ স্নাপুঙ কংলৈ স্নাপুঙ মায়োল স্না য়োইকোল নুঙদা রায়থুঙলে মুংয়াং ঙায়রাকপা তোলবা য়ুম্নাবা

অনিমানা লাইরেল মৈদিঙঙু সেনবি খাগেম্বা স্না মখোং খাদা চিঙঙু, মতিক অরুববু পাউতাকল্‌বদা তাইবং লাইয়িংথৌ লাইরেল সেনবি খাগেম্বনা খোয়মোম মকায়ফম চিংঙু মাগী মারৈনেৎ চেংৈল লমমাহল খোইয়ুম লাইকংলাবদা ফুরা লাইয়ুমশা সংগাই মথোল মঙা- শানা খোংয়ুম লাইয়িংথৌ চিংলেন নোংদাই নিংথৌ থোংনাং লোইচা খোম্বানা শিংঙেল লৈচাহেকপা নোংচুপ কোংয়াংঙম্বা লা- কা ফমচাওবা মেরা অতোনবা ফমকম্নবা মাইপং চিংমঙালকি হুয়েল তেকমাচং মরি ফাবগা য়েইবু মশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা চিং- লেন নোংদাই লৈমা থোংনাং লেইচা খোম্বাশিংলেন লৈচা হেকপি নেংচুপ কোংয়াংঙম্বা লাক ফমচাওবি মেরা অতোলবাবু ফমফমনাবি ফালা লানয়াম থাপি হুয়েল খরি শিকাবি বুরেল লৈমাগা খোয়- মোম মতৈ মনাফৈনা চিঙঙু খাচিকনা খোয়য়ুম খাংবাংনান পাল- ফাবা সলেন য়াইনে।

খোয়মোম লাইকংলা অরাং লাননুমফমনে ; মৈদিঙঙু সেনবি খাগেম্বা পুনশি লৈনিশংনে চিংঙু মতিক অরুবদি অচুম্বং মদোমদে লাংহৈ কুমচা খুদিংগী লোইদাম থাজা থাহল নোং খুদিংগী চিঙঙু লাইরুপ পুম্নমক য়োইনা থৌগম্নবা অরাং কৌক্র অস্নুপ্পনা নমখাং ওয় । থাংজিং কোয়রেল নিংথৌনা নমঙা ওয়না, রাংনু লৈমা খোংজোম ফবিচা রাংবরেন খানা চাউবনা খুনেৎ রোই, থংর ই, মারা নিংথৌনা স্না তংবল ওয়। নোংপোক মালং হুম্মোইবনা নোংপোক চাকমিংশেন ওয়না চিঙঙু নোংথৌ শেরারেলনা স্না থকথল ওয় তিললি নিংথৌসিদবনা সনা পোংলাংখোক ওয়। য়োই- মায়াই সনা খোম্মাতোননা সেকপিন ওয়। লোইদাম থাজা পাখং- বনা আরাংতিং ওয়, মালেম লৈরোল তরেৎমক্রা তুলাই ফিদা ওয়

য়োইবু নোংমোইনু অহোংবিনা তরা লুকমাই ওয়না য়েলম অথেলশেম য়োইবু শিংজা খোম্বিনা লাইরিক মাংদা থানা য়োই-

নায়ে। সুমিৎ চয়োল তরেৎমক্তা খোয়মোম হিরৈমা তরেৎমানা চরৈ ফিশেৎলান, কাংহৈ মিতমস্নুনা হয়িং পেংলোই হুম য়াম্না হুমাই মাইরেং হৌনা মালং নুংশিং নিংথৌ খমগোল অয়াংবনা তোংলেন তপ্না শিং লৈনম উনবি পুক্লিংহুনা স্না কাগোক ওয়না য়োইনা থৌগল লৈয়ে। খাম্বি মৈত্রেং অরাবা, ল ইজা ইরিকলাই মালং নুংশিং শিদবা অহুমমক্ক চিংঙু মাগি পুনগোই ওয়, থবিয়ুম চুমমিথাং, নোংথাং অহুম্মানা খোইয়ুম নংগী নাউয়োম ওয়না খোইয়ুম লাইশিং ৰাত্তনা য়োইনা থৌগন্নবা লাইয়িংথৌ খোইয়ুম নংগী লাইকংলানে।

হুয়েল লান্নিগিদি কংলা শংজি মাথানায়ে। কুখি শামা নিংথৌ অরোশিত্তি থিংক্লুম নি থৌ থিংকারোংববু কংলা সংচি মাথানায়ে। নোংফৌ নিংথৌ পোকলেনবুদি মোইমিং লৈচুনায়ে। লাংতে নিংথৌ খুৎকাইবদি তরেৎ সেনয়াল নয়ে, পাইখুনিংথৌ লোলোই থাদি খুচাই চাম্মা মক্লা লৈনায়ে, মংকল নিংথৌ সিগাপেনতি চারৈ ফিবাল খালনায়ে। অৱাং নিংথৌ চেঙ্গা অথৌবা ফানা সংনে। কুচু থোললাংমৈ, খোইমোম কংলৈ মস্নুমং অৱাং নিংথৌ তারাস্নুবাবু লৈমু শেথাকপুং লৈহাউ সেংৱাইপুঙ চিংলেন নেংদাই নিংথৌনা অহোং য়ুনৈবদি, অহুস্নুং মদোমদে

তুবি চৱাইলোংবনা খোইমোম লাইমিং থোনবু সাইৱোনবানা চিংলেন নোংদাই নিংথৌদা পুনশি ইৱাল লৈবু লৈনিশনে, হুয়েল লাননিগিদি লাফোংনি থৌ ফারেংতি কংলা সংচি মাথানায়ে। সুমচিল নিংথৌ খম্লাংবদি কংলা শংচি মথানায়ে। য়িতোক নিংথৌ লাইৱেম পুতি কংলা শংচি মাথানায়ে। সোংস্নুক নিংথৌ লামুচিৱোং অথৌবাদি কংলা শঙচি মাথানায়ে। কাংকুম নিংথৌ লৈখাম্বদি মোইমিং লৈচুনায়ে। তুবি কোইজায়েক লাইৱেল য়াংলি শোনবু তস্না সংনে। চকলাই হাইশোন মনিংথৌ হুয়েল শামুৱেং অথৌবাবু

তরেং সেনয়াম্নায়ে মরিং খুনবিরোক হুয়েল চুম্নারিংবদি শেললিয়াং তেক্লুয়ে। তাঙাল নিংথৌ চাওহোংবদি খুচাই চাম্না নাশ্লেয়ে। পাথান নিংথৌ ময়ুর থোতি চরৈ ফিরাল খালনায়ে। থোংনাং মায়াং নিংথৌ প্রতাপ নারাল লানথৌয়াংবু চিংলেন নোংদাই নিংথৌনা চেংলৈ লম্মাহলদা কংলা শংমাইয়োনবু অহোং য়ুনৈশংনে খোইমোম লাইকংলানে। চিংলেন নোংদাই নিংথৌ থোংনাং লোইচাখোম্নবু রা'রৈয়ে নুংঙাইবাবু লালশিলগে লাক্লা খাংমৈ কাকোলিও মাললৈ ককোললিও। মাললৈ কোললিও মচাগা কোললিও মখুনগা কোললিও পোইরৈও হাইয়ে হয়িচা হয়াহে হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ কোরৌ নেংশাবারো স্না নখোং খাদা প্রমজবনে।

কেলেই ময়াথংনা কোনখাউ শারো শাশিং লানশিং শুরে হায়না নোংথোদ হুনগংলে লম্বু ওয়খিরে। মহাক অমরক ককলে মহাক্লু লাই অচৌবা ওয়খিরে। মমৈনা তুপু ওয়খিয়ে। থাং মমিনা চুনথাং ওয়খিয়ে। চুঙ মমিনা চুঙকুক থাং কুনারে। অহুঙৈগি চিংগোল খোশারে শাকক লমনে হায়বদি অসিনে।

লাইয়িংথৌ মহাক্তি হল্লকলে মমিনা তৌরুইয়ে অহুগা পাখংবগা লাইশানাগা ফিশেং লৈতেংহুনা কেক্রুপাস্তা চংখিরে অস্তুন্না চংখিবদ লাইয়েক্লবা অমনা লাইসানাবু মশক মনাই থোকতানবা থাংনা চোময়ানক্ষমতা য়ানথাঙময়ে পাখংবাগা লাক্লরে কাইবা শারাক পাল কৌয়ে, লাইরেম্মাগি য়ানথবা অহুবু শেমদানা ফারে পাংমাস্তুং য়ানথারদনা শেমদনা ফারে চোমচাও নাসিরে লৈনুং কাইফি তেরা কোলাং নাসিনাবি কৌরে।

চোমলৌ থোকলে লৈনা উরুম থৌচোনবি কৌরে, অহুগা পাখংবানা ঐস্তুং তমজাগে মারজিং নংদি নাহৈরো, নোংপোক নংদি মাইয়োক্তা লেপ্তনা অফ-ফত্ত তম্বিরো, সরারেল নঙদি থকখল ওইখিরো থাংজিং নঙদি থাংগুনা ঙাকপিও নিংথৌ ককস্নুতোলোংবা

স্না লোকপারেল কৌই। অতুগা মহাক্তগী নিংবা খৈবিকপু থোক-লে অতু খিবিক চানা পান্নাবা অশিবা লাইয়িংথৌনা রোকলাবা তোমচৎকুম্না লৈশাম হিতেন্দগী য়িলখৎলক্রে, সনচিং মখোংদা থুংলে মমিংদি পেংশানোই কৌই। খরা য়িলখৎলক্তনা কংস্নুচা কৌই। খরা য়িলখৎলক্লে কংস্নুচা ঙাংলেন লৈকুকক ককলচিং কৌই।

স্না চিংগী মতোন্দা সোরারেন অচিবাগা, নোংপোক অচিবাগা কৈরুংব অচিবাগা অয়ক্তা ওয়না তিন্নরে অথুম অহাউ খোইরেল মহিগুম তৎনা তাকপিঙৈগী মমিংদি মিরুম চারি হিঙ্‌ তৎ তৎ কৌই। মক্ষমদি মংলেননে মংলেন্দগী পুথোকখিবনা ললহান্নুং ওইরে। সিমা নামানাবনা ললহান্নুং কাবদি নেংথৌ মতোলনে হায়বা খঙও। অতুগা কোরৌ সিদবনা মপারি অহুম পোকই। অহলদি থংকেক লেন কৌই। য়াইমাবাদি থংঙাইরেন কৌই। অতোনবদি অঙাইরেল কৌই। মখোয় অহুম্মক নোংথৌ মখোং কোয়রুরো হান্না থুংবানা ইফম লৌরো অহনবানা নোংশাবু শাদোংই। য়াইমাবানা পান্না কৈয়েক থৌবু তোংলে, অতোনবনা তাংজা শাদোংলে অহলবান্নুং হৌখিরে অতোলবদি পলেমগী থৌতিক খোলগী মপলগী তাঙবলহুম তরেৎ কোইরে অতুগা নোংথৌগী মখোংস্নু অসিনে হায়না হায়জেয়ে মপল পম্থৌগী ইফমদা ফমলোও হায়না শিদবনা অতোনবগী মহাক্তচংনা ফম্নানারে। অহলবান্নুং থুংলরে। নুঙপঙলিঙৈদা য়াইমাবান্নুং থুংলারে অহুম্না তিন্নরে মী ওয়বনা মচা পোকপদা অহলদি লৌকন চাওনা শিংয়ে। য়াইমাবানা শিংবনা মেংনা শিংই। অতোনবদি লৌথিনা শিংই। মখোয় অহুম্মকপু হিতেন অহুম্মাদা ঙাইরমউ অহনবগি হিতেনদি নোংহুম সংনে। য়াইমাবগী হিতেনদি য়ুমচাউকি শাইবু লাইনা থংবনে। অতোনবগী হিতেনদি হিকাবমনি কুম চিঙদগী শল য়োংমানবিগী শকলৌনা নোংয়েলন্নুগী মতুবু থেংনা তাউথারকই। অহলবান্নুং শকখংদরে। য়াইমাবন্নুং খংদরে। অতোনবনা

শকখংলে। মীখামলেন কৌয়ে। চিংখংলে লুচিংলেন কৌই লাই খিবিক্ল উখিনি হায়দুনা খললে লৈখল নোংখমলেন কৌ। চং-লমগি ফানতোন নুঙপক মথক্তা থুঙলে মিতিল কৌই। শল অদুদি মৈদ ইকলে। অয়িকপা অদুদি লুচামফমদা হুনজিললে। হুনজিলবা অদুনা হিংলে। অয়াং লমলোই ফমদা ফমলে মিহিংলেন কৌই। খঙ্গু থৌদুনুং শংবা শারে অদুগা অতোনব মহাক্তগি থোক্লে মহাক্তি লাইনে। সিদবা শাবা অদুদি তিল্লুপনে তিল্লুপ লাইক্লপ য়ুমতিন্নবগি ব্রাদি অসিনে। লাই অতোনবা অদুবু মীওয়ংনচিংবা থব্রাই পাল্লিবা নিংশা গোল্লিবশিনা লাইগী খুবম তমলিং। খিবি-ক্তা ঙান্ন৷ শানা থৌনি খাচংলিবা অদু খিবিক্লা নংনা চাও নমিংদি লংবা কৌনা লংবা য়াখংলোই তরেং খাকপরোল তরেংমা অদু খিবিকপু নংনা সিন্না শনরুও মীওয়বনচিংবা থব্রাই পানবনা শিরদানা লাল্লবদি নংনা চাও। অদু খিবিক্তী মারুবু নঙ পোকচারুব্রো লাই ঐদি মীওইবনচিংবা কুমশিং স্নুদারিঙৈদা ঐগী চকঃ। ঐগী ফিশেং তমজাস্নুনো হয়েং য়িবিঙাগি কুমশিং স্নুরাবগা লাই ঐদি হলজিননা লৈরগে তিল্লুপ নংদি নঙগি খুবম ওয়বা খিবিকতো নংগি চুপ ওয়দুনা নঙ লেপচাও, অদুগা ব্রারম অমা হায়গে পাখংবনা মাগি মায়য়েক ওয়নবা ক্রুমচিঙ কৌবা অম শেমলে নোংপোক অপানববু মিংশেল ওয়না থমলে মমিংদি শেনপুংশেল মারুবা কৌই।

পাখংবগা হংগং হস্থা মাইয়োব্লনা লৈরে ক্রুমচিঙ কৌবদি নোংহুম শংনে নোংপোক্তী চিংনে হায়বা খঙও স্না মেরুচিঙ কৌ-বদি মঙলেননে। শারোলগি চিঙনে হায়বা খঙও স্না মেরু চিঙ কৌবদি কুচুনে থংচিঙকি চিঙনে, হায়বা খংও স্না থেক্রুচিং কৌবদি নমখাংনে, কৌক্র অচিবগি চিংনে হায়বা খঙও। লৈপাক নিংথৌ-চিঙ মাল লৈবা খিবিকপু লাইরেম্মা চিংথাং লৈমাদগি চিঙথেক্তুনা

লোইবগা চিঙথাং মহাক্তগি য়াৱা নাপুপি চিঙ কোলথংনা তৌ-বাচিঙ কৌনা লংমাইচিঙগি মতোন্দ থমলে। মাঙল তারং ৱাংব চিঙ কৌৱে লংমাইচিঙ মহাক্কী মামিংদি হচিঙ হাচিঙ হোবাচিঙ কৌই। অদুগা লংমইচিঙ মতোন্দগী চংথবকলে ৱাহি নাচংপগুম লৈপাক মনুংদা ঈশিং কোংপোল লোইনন্না খার্খোং লাইখোং মকদা খো-মহুক ওইনা হুকলে চিং অদুগী ময়াই থিগাংবু লোইবেল খুলপিৱোক কৌই। মফমদি যুমচ উগী লপলেন কনে খঙও। অমবক থ দোক-খিৱে। লংমাইচিং কম্বোংপুত্তা থমলে, অমবক থাংদোকখিবে নুঙ-গোইবিদা থমলে। অমবক থা দোকখিবে শাবৌ মথক্তা সস্তং খোম পুংদা সিংথম পোৎথাফম কৌই। অমবক থ দেকখিবে যোঁবৌদা থমলে চিঙ মহাক্তা পুবিবা লাইবেম্মা মহাক্তি কৌব্রনা যেল অমোম শারে খোঞ্জেলদি কুক কুক খোলে। থংচিনা চখা কৌনা ঙান্নু অমোম শাবে, লৈম বেল যমফা ভাঁথবদি অসিনে খঙও। অদুগা খৱা চংখংখিবে মকোক্ল মোইবাং কাশা ওযবে। লৈশা পুংদা ফমলে। ময়াইনা লাপেক অবিবা ওযনা থ চিঙ কৌবে মনম লৈহাউ নমলে মিওযবানচিনা নিপা ওযবগি শাগৈনা থংলেন কৌবস্নু মাবু কৌই। অদুগা খবা মিংখংখিবে থাগি মচিদা মমাংলম শমচিল যিলনা নোংপেক অপানবা কৌই। মতুংলোমদা সমজি লৈনা লৈমাবেল ফম্বালবা কৌবদি অসিনে খংও।

লৈমাবেনগি লাৱোন যুমচাও মনু দা খাকলুম্বদি থৌচু নুংথেল লৈমনে, লপলেন কাদা লৈমাবেল, শাবে মমিংদি লৈপনফা নুঙকে মনু কৌই। শয়োন খাইদোকখিবা অমানা ঙাযান পুং লৈপাক্কী সেক্লীংনে হায়না যুমচাও লৈমা কৌনা ফাদিবি মৈৱিংনা লাইখুৱা ফমসংনবি কৌৱে, অদুগা লাইয়িংথৌনা ত্যাইবংপানবা মিওয়বগি চানবা লোউ তম্বীগে হায়না নোংশাবু অৱাদ কৈবু তিতিদা ফাদনা

লৌউবা তমলে থৌহু নুংথেল লৈমানা অকুবি কৌনা ফৌওয়বি ওয়রে।

ফৌওইবিনা য়ুকৈ শংকৈন্নু কৌনা য়ু ওয় য়াই ওইজরে অহুগী থৌহু নুংথেল লৈমা চেংচানুংলাই খোম্বী কংলৈ মশুমাংদা তারা চাকসুং থেক রাংলৈ য়ুসুং শৌই হায়বদি অহুনে।

অহুগা হাথনু লৈমানা ফৌশু ফৌরা তমজখিয়ে, চিংনু লৈমানা উয়েন শৌজখিয়ে। খোংচি নুংলাইবম চন্নুনা ঙা ওইজখিয়ে। রাকচিং হাউকোনবম চন্নুনা থুম ওয়াখিয়ে। তোইবি লৈমা কোলাংনুনা কোল লিক ওইজখিয়ে। চকলৈ রাললৈ কোইবিনা ফুগোই রাংগোইজখিয়ে। ফুগোই রাংগোইজরে ফুংগা অমদি অশিংনু কৌই। ফমলেনগিদি অরোননু কৌই। লাইরুগিদি কোমনু কৌই।

অশিংনুগা অরোননুগা তিন্নবে, কোমফমদ চংখিয়ে ইরৈমা শারে মমিংদি তুম তালৈন্নু কৌই লেমথোক কৌরে। কোমনুনা মৈ লৈমা শারে মমিংদি তিংতা লৈন্নু কৌই মানা ফমলেন্দা ফমই।

মীওয়ববু তানথোং মযুং কুইনা পালবা পুনে য়ুমগী মনুংদগী লাইদি অহুম্মানে খঙই। অহুগা পোইরৈতোন্না হে মীওয়বও নয়ুম মাঙাইবদি লাফুং লৈনাথা হেবু ঙাইবদি ফিবুল লৈনা থানা য়োই চান্নও হায়খিয়ে। অহুৈঙগী মহৌ চান্নারোক তেললোং লম্মাপকও কৌরমই রায়েন য়াইমাবনে মফমদদি য়ুমচাও মনিংনে খংও।

য়োয়মোংবানা ফাকয়েল কাবা হায়না নুংথং চেগপ সুইএ, তাউথিংমাংনা মৈহুম্মে মানা কম্বোংপুত য়িরৈলেন লৈয়ে লাইরেন সিদবনা ইথক্ত। নিনবা অসিবু করিনো ঙাখা চাচিংবু য়েংলুরো হায়না শিখংলকপাবু য়োইমোংবনা মাচেগপ্পা লৌদনা চারে। লাইল্লিংথৌনা ঐনা শিখিবা খৈবিকপু লাকতরে হায়না মহাক য়িনখংলকই, য়োইমোংবানা উহুনা খুরুমলমই য়োইমোংবা নংনা তৌবা অসিদি করিনো কাকয়েন মিঙম্বানা হাউয়ুম য়ুম্নাক চাম্বাবু চেন্নুনা

চারে কাকয়েল ফানবা থাং শাশে হাইরবদা লাইয়িংথৌনা মংনা শাবনদি ক্ষাবা ঙমলোই হায়রবদা য়োইমোংবানা হায়রে লাইয়িংথৌনা ফান-বা পিরমউ হায়জরে লাইয়িংথৌনা মহাক্তুগি চিংথোক্তুনা মথাং নুংশাম্ববু পিরে মহাক্তি কম্বোপুত্তা ইরেন্দা হলথাখিরে মমিংদি লাইরেল সংপা হুপমিশংবা তিল্লি হুক কৌনা কুললে অহুগা য়োইমোংবন লাং শারে লাংচি অমদি ৱাংগোনগি খুকা মরুমদা য়ুংলে। লাংচিং অমদি হিগ-রমদা য়ুংলে লাইয়িংথৌগী কংলা মফমদি মোংবি চিংনে মোংবি চিংগি মতোন্দা কাকলেন লৈয়ে য়োইমোংবানা হিকারমগী লাংচিত্তা হিনাও শারে কাকয়েননা উরাবগা য়োইমোংব বু ৱাইতনা য়োংলে। কাকয়েল মহাক্তি লাংদা থুরে শিন্নাইবা লোইশং মহ ক্বী ইরেন্দ তারে, তাউথিংমাংনা য়ুম-চাউগী শাইবু লাইথংবাদ। লেপলে থৌহু নুংথেল লৈমনা ফৈত্তেনবিদা লেপ্পুনা হে তাউথিং মাংও নশাবি য়োইমোংবদি মথং নুংশম্ববু কদোম কৌবনো তাউথিংমাংনা ইশাবি য়োইমোংব’ও মথাং নুংশম্ববু করম কাউবনো কাউগানো হায়রবদা য়োইমোংবনা তারে থাং মাথন্না কাকলেনগি নাকন্দা ফাংনা চেংথোকখিরে য়োইমোংবাস্থুং চোংথোকলকলে থাং মথন্দন কাকয়েনগী মঙক ককলে ককয়েন শিরে মতোংদি খারম লোইচান্নারে মরুদি অৱাংনম লোইচান্নারে, মকোকতি মোংপি চিঙদা থমলে লাইয়িংথোগী ফমকম ওয়নরে ককয়েনবু ফাবা থাংদি য়োইমোংবগি মহাক্তা হজিন্না লৈরে। য়োইমোংবানা মিওয়-বনচিংনা থৱাই পাললিব খিবিক নিংশা হোন্নিবগি মপুনা ফাজিন্দুনা লৈপাক মনুংদা থমলে নুংপাক অমনা নললে নুংপাক মথক্তা নুং অচৌবা অমনা নললে নুং অহুগী মথক্তা খমচিংকোম্না ফমদানা হে মিত্তয়বও, লাউও অফবনা ফত্ত, ফত্তবনা ফংতাও, অকলবনা কলও, অশোনবনা শোললো। ইনাক খুনবান খুলও, লাইৱাবনা লাইরাও অরৈ নৈতবু অকলববু কিয়ো অসিগি চারাপ ৱায়েলফম কৌই!

তরেৎ লাইকম্না মকোক লেংলক্লবদি স্নাখোংগী মমাংদা মি পুম্না য়োম্ন কম্নবদি লৈপাক ৱাখোকই তাংনা খঙউ। খমচিং-কোলনা ৱায়েল অকোলবা মফমদি সনাখোং মমাংগি স্নুংচাও অহ্নানে খ‍উ। চারাপ ৱায়েলফম কৌবস্নুং অহৈঙ্গনে খংও। মীওয়বগি অয়োক অকলগী ৱা হায়গে। লৈওই নেংৱোইব' লাইনা য়োইরেল লেইশং লিংএ। য়োইরেলনা লৈপাক অহেবা অকয়বা অতোইববু লৈতাই নোংদাইয়ে। য়ুমদা মখোং মশা পালবা ফত্তবা চংলকপা খিবিকপু মখোইন কোক্ননিয়ে। মারজিংনা মাইবা লোইশঙ লিংই। মাইবনা মিগি লাংফম ফত্তব' অন' অয়েক য়েংই। পোই-রৈতোম্না অশেবা লেইশঙ লিংই। অসিবা লানখিরাবগী চৎসিন পিয়ে পুংলোন খেললোন অরি অশকপু লিংই।

পাম্ন্নোইবিনা মেৎপিচ' কৌনা অমেং লেইশঙ লিংই। লাই-থুং চাম্ন নপাল য়েংই। মাইবিনা তিনপাউ লাইপাউ চেলনি। চবাল থায়ে মীওয়বগি অয়োক অকলদি শঙ্ মরি অসিনে খংউ। হৌজিক্তি ৱা অমস্নু হায়গে লৈপাক মখাদগী লাই অচাওবা অনিস্নু কারকনে, নোংখৌ মতোম্দগী লাই অচিবস্নু কুমলকলে, লৈপাক লৈমায়দ লৈবা লাইগা অহুম্না ৱোক্নরে ৱোক্নফমদি ৱোকশং কৌই। লাই অহুম্নক অমত্তা ওয়না তিম্নঙৈগী মমিংদি হুং হুং হ হ অ অ আ রঙ কিঙ্ কৌরে। অহুম অসিবু খংনা তাইও লৈখোং ফাংপা লৈখুন ফুনবগি ৱাদি অসিনে। নোংশাবা লাইহুই কৌবা লাইৱিক অসিবু গুরু নোংশাবগি ৱারি অরুবনে।

**বিঃ দ্রঃ ঃ— য়ুমশকৈশ নুমিৎ খুদিংগী লাইথংবম শাগৈগী মন্নুং-দগী গুরু নোংশাবদা লুক হৌহ্ননা কংলি। য়ুম্নাম মোইবুং লোকপম্নস্নুং সেবা চত্তুনা থৌনিরি। মোইরাং থাংজিং হরাউবদস্নু গুরু নোংশাবা ৱাউন হরাউরি। মতাং অসিদা নোংশাবা লাইহুইগী ৱারি লোইরে।**

# পাবীয়ু। নৈনবীয়ু !!

## ১। "উমং লাই খুন্দাও"

(ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিগী) থা ৩/৩গী চেফোং পাবিয়ু। অহানবদা গুরু নোংশাবগী বারী সমাজদা লাপ্থোকচরি মমল লু। ৩০ (অহুম) তনি।

## ২। "লোয়য়ম্বা শিনয়েন"

পাবিয়ু। নৈনবিয়ু। শাগে শল.ইগী হৌরককম অমদি মশি-মচিংবা য়াওরবা য়ুমথোং খুদিংদা থঃদবা য়াম্রবা লাইরিক্নি। মমল লুপা ৫০০ (মঙা তনি।

ফংকম :-

১। পোপুলার বুক হাউস পাওনা বাজার ইম্ফাল।
২। রাজ স্টোর " "
৩। ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটি উরিপোক নাওরেমথোং ইম্ফাল।

ফুরিং :— থাইনা মমাংঙৈদা ফুরিং লিংলম্মদে। নিংথৌ ফি শাইককপা (অমুবা মচুগী অ ঙৌবনা থা মচেং শানা মাইকৈ ২ মক্তা ময়েক খোকপা ১৭ শুবা চহি চাদা শিজিন্নরম্বা খেংনৈ।

খম্বনা লিংলম্বা ফুরং অসি ১১ বা চহি চাদা খম্বদা কবুই শলাং মাইবনা পীরম্বনি।

নমথাং খুংচক ১৮ ব চহি চাদা শিজিন্নরম্বা খংনৈ।

খুদৈ নত্রগা ফিন কোইয়েং য়েংশত্রগা ফিশি কিডনা ফুরিং ওইনা শিজিন্নরমই। মৈদিহঙ্ কিয়াম্বী স্নংগাক্তক্ত খুংন তুবা ওকনৈবী ফুরং পুমরাং শিজিন্নরম্বা খেংনৈ ১। ময়ামগী ৭ইনা চংনবা খুদাং ককপী ২। অওম অথৌশিংগী খুদাং চোনবী ৩। লানগী ফুরিংশিংবা শিজিন্নরমই। মমৈথংদা অনৌ অনৌবা মওংগী ফুরংশিং তুত্রনা শিজিন্নরকই।

কোকয়েং :— কোক্তিগী তুংশাকপগী মতমদগী য়াম্না ওন্না কোকয়েং শিজিন্নরে - (১) কোকয়েং পোইন্না ২। কোকয়েং তোলোক ৩। কোকয়েং পাককোই ৪। কোকয়েং কৈয়েং ৫। কোকশেং শমজিন ৬। কোকয়েং মরক ৭। কোকয়েং শলাই অচোবা ৮। কোকয়েং অনানবী ৯। কোকয়েং তোলোক মচা অসনচিংবা।

মতম অদুদা মুপীশিংনা কোকশেং শেংপম্না চংনরক্রে। ফিশিং অসি খাংদা শাবা অমদি ইয়োংদা শাবা ওক্রনি। মতম অসিদা লশিংনা নত্রগা মহুম্নচিংবদগী লং নাইডুনা শিজিন্নবা খেংনৈ। খুংলাইশিংদি কপক্রেং, হুইত্রি, লশিং কাপোন, তরেং, তৌবুং, তমং, তেম পাওনদেম্নচিংবা শিজিন্নরমই।

ফি শাবগী নমুনা :— লিনগী ময়েক্তগী লৌডুনা ফি মথল কয়ামরুম শাবা হৌদোকখি। লিনগী মবুক্তী অরাংবা লৌডুনা নমথাং খুংচক, থাবেন চপ্পনচিংবা লংজম অমদি মুগানা শাখি।

মচু :— ফিশিং অসি শলাই ৭কী মচু তোওাল তোওাক্লি :—

২। নিংথৌজা - অঙাংবা, ২। লুয়াং - হিগোক, ৩। খুমন - অমুবা ৪। অঙোম - অঙৌবা, ৫। মোইরাং - নাপুনা লাংবা ৬। খাবা ঙানবা - শাংনা লা'বা ৭। শরাং লৈশাংথেম - অরাউবা ১দি অশংবা শিজিন্নৈ।

কায়নথংদা হৈরিনচিংবা উহৈগী মওং লৌদুনা শাবা হৌখি।

লি-রানা শাবা পোংচৈ :— মাঞ্জিংগী মতমদ কা'ই কাংজ চনবা হৌদোকখি। হুই থাদে হিংজল'ন। পম্লেইবনা হু' ৭ শাবা হৌদোকখি। পুথিবনা (অঙোম শলাই) য়েনপ ক থে'গ্র‍্যং শাবা হৌদোকখি। লাইস্ননা লোং শাগে ভৌবদা শো'তুন চেকক শা'বা অহানবা ওইনা হৌদোকখি। মখল মখা কয়া'কমগী পু লা' ত.ইজেপ তুঙ্গানচিংবা শাবা লমদম অসিদা চংংরকই।

চোং পেনচিংবা অসিমু লাই হাক্কুগী শাদুনা চংনরকখি। থু'ম্মাক মখল কয়া য়েন্দ ই মখল কয়া চেংবোন যিডাওকর'চিংবা মথং মথং শাবা হৌদোকখি। শম্না হায়রবদা মৈতৈ জাতা যুখান কে- বানগী পুন্সিদি উর, লীন, ভোনচিংব পোং অসগা তংন থানবা য়াদ্রবা মরী লৈন হায়দ হায়মনব খোক্লোই নিংডি মরমদি থাইনা মথাং হৈদা মখাদা ক'রব পরম শং অসদা শাবা পোং-চৈ কয়ামরুম থে'নৈ। ১ পং ফকশা, ২। হজেন মকশা ৩। তোফ ফকশা ৪। লাইঙং ফকশা (পাকন) ৫। কৈরোই য়ুথং (চু পরম) ৬। পরম ৭ মাথং অসিনি।

থ তুনা শাবা খুংজু খুংলাই :— লৈনু' মোরী য়োশুংবানা য়োং- পাক (চাংমীগী য়ে'ং), শিংজংনচিংব শাবা হৌদোকখি। খমাংবা লাইরোন্দা য়োংপু চগেন শ য়বগুম শায়বা হায়না তেংথানরি। মরম অসিনা য়োং অসি লাই হাক্কুগী কংগে। মথংদা শলাই ৭ কী অয়াগ- তোডান তোঙাম্না থাং শাবা হৌদোকখি। লম্বু, ত, লোং অমদি অয়াগ- বহনচিংবা শাবা হৌদোকখি। তা হায়বা খুংলাই অসি লৈমুং লোমা অরিবনা শাবা হৌদোকখি থেঙ্গৌবোল মাপলগা কোম্না তা মখল মাপল শাখি।

ধাতুগী লৈতেং :— লৈমরেলনা চোমজাও ( নাদা চিন্নবা লৈ মখল অমা ) হাইজো - হাচশি লিনা শাবা লৈ ) মথংদা পিথাই অমদি স্নানা শাখি।

য়েকপা হকপা :— লুরাং নিংগৌ পুন্সিবগী হাক্তক্তগী লাই য়েকপা শাবা হৌদোকখি। লুরাং মনাও শিলহৈবনা শাবা অত্তুগা লোংবান মন ও থুংহৈবনা য়েকপা হৌদোকখি। হায়রিবা ব্রাকম অসি ভয় চকৌডগী রানি। মস হিচং হিন্নাও কৌবা পুম্নাদা য়াওরি। লুরাং পুন্সিবনা নোংমাই লুরাং ( লুরাংলি ) অসিগী মপান্দা মচান্নুপী গীদমক্তা উনখিবা শিংনাং পাম্বী থাখিবা অতুবু মপাল শারগ্র হায়না য়েংলিহৈডদা চুম অমনা শিংনাং মনা অকংবা অমা মন্নাদা চিন্নগা তুরেল লাল্লকই। চুম অতুনা ঈশিং লানবা লোইরগা তোর্বান যোন্নগা মচম্না চিক্কপা শিংনাং অতু ঈশিংদা হুন্দোক্রমলে। মতু উবদা লুরাং পুন্সিবনা করিনো অস্তক রান। পুরক্লিবা শিংনাং মনা অসি ইরাম্ন লয়না করিগীনো হুন্দোক্রম্লিবা অসি হায়না লুরাং পুন্সিবনা মনাও মুপ অনিদা তংলকই। মনাও মুপা অনিনা থুম্লকই। শিংনাং মনা অকংব অসিনা ঈশিংদা তাওই অগ্রগীদমক্তা চুম অসিনা অয়াংবা শিংনাং মনা অকংবা অসদা ময়ানা চিক্কুনা ঈশিং অসি লাল্লকপানি। ঈরানবা লোইরত্তুনা হুন্দোক্রম্লবনি হায়না থুমখি। লুরাং পুন্সিবন কোবা ইডেগ চিংদগী অচৌবা উ অমা য়ালহল্লগা মথুং অদো হন্দোক্রগা ঈশিংদা তোংহুনা চৎপা য়াগনি হায়বদগী হি শারগা লুরাং পুন্সিবদা য়েংহনখি। মতৌ অস্নুম তোনা হি পুখোকখি।

চফু শাবা :— মুরা খোংদোং লৈগী মহৈগী মওং মতৌ য়েংলগা চকপশিংনা মৈতৈ লৈবাক্তা চফু শাবা হৌদোকখি। "পোইরৈতোন থুম্হোকপা", হায়বা অরিবা লাইরিক্তা চকপশিংনা চফু মৈ ইকপগী রারী য়াওরি। "চৌংখোং পোইরৈতোম্না চকপা পাখং অমদা হংলমই। নোংপোক্তা

মৈথু কারিবা অসিবু করি ভোবগীনো ? চকপগী হৌনবী মনুম মনাক্তা চক্নু ইকপগী মৈরা অদুগা লোকমগী চরু ফুদিং মৈরা" মরম অসিবা চকপা অসি থায়না মমাংথৈগী হৌনা চক্নু শাবা খুজং হায়না মৈশেৎলকপদগী মৈরবা কাংলুপনি।

চক্নুদা য়াম্না ফজনা মহেরুচিংবা খোকহন্দুনা অহেংবা মীশিংদা মুংঙাইবা পোকহল্লি। মৈত্রবাক্তা চক্নুগা তংন থানবা য়াত্রবা মরী কয়া মৈরি হায়বদা হায়মনবা খোক্রোই।

পুং পেনা তৌত্রি :— থাইনা মমাংথৈগী হৌনা পুং হায়বা যন্ত্র অসি মৈনুং লোম্বা অরিবগী মতমদগী শিজিন্নরক্লে। মতম অসিদা শিজিন্নরবা পুংগী মওংদি মমাই নাম্না পাল্লি হায়বদি ভবলাগুবা মথলগী পুং শিজিন্নরবা থে মৈ ! পুং হায়বঃ যন্ত্র অসি উত্তোং মত্তাং নাম্না পানবা থাদবদা মখোল খোকখি। মদুদগী পুং পুখোক্লবা হোৎনখি। শকাব্দ ৭৬৩ দা পানখিবা মৈতৈগী খোউ তোম্পোককী হাক্তক্তা মমাই অনি পানবা পুং শাখি। কদেং অমাইবা অমসুং শম্লোং অমাইবা অনিনা পুং শাখি। শজি অমদি কৈ মউনবা পুং তিংখি তৌইগুমসুং মখোল নিংখিনা খোকখিদে। চকপা তিংশাংবাগী শল অমা শিখি মদুগী মউল লৌরগা পুং তিংখি। মতম অদুদা মখোল কজনা খোকখি। পুং মথল য়ামই ১। লাই পুং ২। তানবৈ পুং ৩। খুনবুং ৪। পাঙজেল পুং ৫। মৈন পুং ৬। চকপা পুং অসিনচিংবনি। য়াং, তৈনৌ. থৈবোংনচিংবা উনা পুং শাই।

পেনা :— পেনা মৈতৈগী য়াম্না লিয়বা যন্ত্র মথল অমনি। মৈতৈ মৈবাক্তা নত্তনা কয়িগুবা মকম অমদা শিজিন্নবা থেংনদে। মৈতৈগী মনাং খৌরম খুদিংমক্তা হায়রিবা যন্ত্র অসি শিজিন্নে। থাইনা মমাংথৈদা যন্ত্র অসি ভুম্বানা শাবগা শিজিন্নরমই। মথংদা রা মরুনা শাবগা শিজিন্নখি। হৌজিক্তি খুদোংচাবা য়েংদ্রনা য়ুবীনা শাবগা শি-

লিয়রে। পেনা চক্রিকপা খুৎখোংবা তাং ক্রিকপা লুম্লিবা নহাবা থোই-রেং জাম্বনা শাবা হৌদোকখি।

ভৌত্রি :— যন্ত্র অসিস্থ য়াম্না লিরবা যন্ত্র মথল অমনি। মসি ভৌবা শারমই। হৌজিক্তি য়ানা শারগা শিজিন্নরে।

খুং :— যন্ত্র অসিস্থ য়াম্না লিরবা মখলগী যন্ত্র মথল অমনি। ভুম্বানা শাবা যন্ত্রনি।

তানয়ৈশং :— খৃঃ মমাংদা লৈন্নুং লোক্সা অরিবগী মতমদা তান-য়ৈশং লিংখৎখি।

শেল শাবা :— খাগেম্বগী হাক্তক্তা ( খৃষ্টাব্দ ১৫৯৭-১৬৫২ ). পাই-খোম্বগী হাক্তক ( খৃষ্টাব্দ ১৬৬৮–১৬৯৭ ) মহারাজ গম্ভীর সিংহগী হাক্তক ( ১৭০৯-১৭৪৮ ), গরিবনিৱাজগী হাক্তক ( ১৭০৯-১৭৪৮ ) জয় সিংহ ( ১৭৬৩-১৭৯৮ ) মহারাজ চৌরজিৎ সিংহ ( ১৮০৩-১৮১৩ ) নিংথৌশিং অসিগী মতমদা শেক্লেংনা শেল মরেক ওইনরমই। গম্ভীর সিংহগী মতমদা য়ানা শাবা শেল মরেক শিজিন্নরবা খেংনৈ।

মূর্ত্তি শাবা :— খৃষ্টাব্দ ১৭৯৪ দা নিত্যাইনন্দপ্রভু শান্নুনা লাৎখি খৃঃ ১৮৩১ দ শিব লিঙ্গ মোইরাংদা লাৎখি। খৃঃ ১৮৩২দা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপ পাণ্ডা অমনা জগন্নাথ শাদুনা লাৎখি। খৃঃ ১৮৫১ দা দূর্গাগী শক্তম শাদুনা লাৎখি। ১৭৯৯ পাথংবগী মূর্ত্তি শাবা হৌখি। মৈতৈ কলাকারশিংনা লাই য়েকপা অমদি শাবা অসি পৈশা তান-বগী তাব নত্তে। মশাগী অপাম্বদু ফোংদোক্লবা হোৎনবনি। মরম অসিনা কলাকারশিংবু নিংথৌনা মনা মথুব পী।

অরিবা লাইরিক্তা য়েক্লবা :— মৈতৈ চে, আগরপাক্তা য়েক্লিবা লাইশিংদি :— কৈ, নোংশা, উচি, লিন, তোকপা, শামু, শল, সোর-জগতনচিংবা য়েক্লবা খেংনৈ।

মুবগী কক্সাংদা য়েকপা :— কবুইশিংগী কক্সাংদা চুমিৎ, থা, থম্মানবিচাক, মৈবুল, শন্নুং মকোক, ঈমোই তৌবা অমিমচিংবা

য়েকই। কৈ হাংগা ভস্না মী ওইরবদি কৈগী মকোক অদু কল্লাংদা য়েকই নত্রগা থেংলি।

সুং:— সুং অমসুং অতৈ ধাতুশিংদা লাইরিক ইবা অমদি লাই য়েকপা অসি লৈবাক অসিদা চংনরমই। খাগেম্বা নিংথৌবা পণ্ডিতশিংগী মরা লোড়না মোইরাংগী শম্ভোদা সুং য়ুংখি। হায়রিবা মফম অসিদা সুরচন্দ্র, চন্দ্রকীর্তি, ভাগ্যচন্দ্রনচিংবা নিংথৌশিংনা সুং য়ুংলমই। মৈতৈনা সুংদা ইবা লাইরিকপু মাংদ্রবর্ন হায়না লৌই। লমগী ভমথৈনচিংবা খংননবা সুং য়ুংহ। সুংদা হকপা অমদি লাইরিক ইরথা মখাগী মওংশিং অসি ঐখোয়না ফংই:— ১। মীওইবগী শক্তম ২। লাই সুপা ১দি সুপাগী শক্তম ৩। সুপাক্তা হকপা মরেকশিংগী শক্তম ৪। য়ুম্নীগী ৫। খোজুলগী শক্তম ৬। শাংভা ৭। পাকপ ৮। পোংচৈশিংগী শক্তমশিং মৈতৈ লৈবাক্তা গৌরীয় ধর্ম্ম চংলকপগা লোইননা মরী লৈনবা হিন্দুগী লাইশিং কয়ামকমগী সুংনা শাবা অমদি হকপা মূর্ত্তি কয়াম লৈরমই।

—————

## হৌখ্রবা মাইচৌশিংদা

ইজবা:— ও, ভোগেশ্বর সিংহ

ঙসি তাং ২৮ ডিসেম্বর, শোক ১৯৭৬ অসি মৈতৈ লৈবাকীদি মচৌবা নীংথানবা য়াবা নুমিৎ অমা ওইরে। কুমশি অসিমক এল-হৌতৈদগী মনিঙ ভস্না লৈবাক ওমা ওইনা লৈরকুবা ইরমদম অসিদা ইতিহাসনা য়ারবা চাউরাক্লা চহি ২০০০ হোমদগী নিংথৌ পানবা ওইদুনা পানখিবা নিংথৌশিংনা লৈবাক্তী প্রজাগী য়াইফনবা রাখল তৌদুনা নিংথৌগী পাম্বোম ওইখিবা কমথৌশিংগা লৈবাক য়ায়েনবা

খুদোং চাননবা থৌরাং কয়া লৌখৎলম্মী। মাসিগীসু মথক্তা মরুওইবা য়োইরেন, অমাই অমসুং অশেং হায়না শরুক অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা লৈবাকী নিংথৌগী অফ কত্ত লম্বী তাকপা লাইগী থোয়মদা লৈবাকী থৌরমদা পাউতাক লৌননবা শওলেন অহুম থম্লম্মী। শওলেন অহুমসিগী মকোকপু পণ্ডিত অচৌবা হায়না ঐথোয় খাইনা খওনরকখি। মতম অদুদদি মায়চৌ হায়না খওনরকখি। অসিগুম্বা লৈবাকী নিংথৌশিংগী লমজিং পীবিরম্বা মায়চৌশিংবু ঈকাই খুম্নবা উৎপা হায়বসি চহি কয়াগী মমাঙদদি থোশানরুত্রে। হৌজিক অসিগুম্বা অহল লম্মন লাই ওইগ্রবা পুম্নমক অদুগী মকমদা ঐ.খায়না নিঙশিংজদুনা মথোয়গী মফমদা ভক্তিতনা ওইরবস্তু ঈকাইখুম্নবা উংপা হায়বাসমক মমা মপাবু অহল লম্মনশিংবু সুংশিবা খওলকপনি হায়না লৌবা য়াই। অদুনা কুমশি অসিমক অমুম্না লাইশিংগী মকমদা ঐথোয়গী ভক্তি শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপসি ২ শুবা চহিনি।

এলহৌঙদগী নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইদুনসু নিংথৌশিংনা অপাম্বা লমচৎ শাজৎ অদুতা চৎলগদে হায়বসি ইতিহাসকী মায়কৈদগী ঐথোয়না খওবা ঙম্মী মদুদি মহ ভারতকী কৌরব পাণ্ডবশিংগা লৈবাকী প্রজাগী রায়েল থোদা অসি মৈতৈ লৈবাকীসু কুচুদা নিংথৌগা লোয়ননা ফমথৌ ৬৪ গা লোয়ননা অরুবা বিচার অমসুং লৈবাকী রাকগ কয়া খম্নখই। অমুম্না খম্নবা লোইরগা চৈরাক রায়েলশওদা পীখদুনা রায়েলশওনা হৌনবা মতুং ইন্না রায়েল্লি। অমুম্না লৈবাকী প্রজাগী অকবা ওইননবদগীদমক হোনরম্বগী মতুং ইন্না মৈতৈ জাতি ঐথোয়না হায়ন-শোম্নবা তারি মদুদি চৈরাক রায়েন শও কুচু থোদাকন।

রাজনিতি অসি ধর্ম্ম নীতিনা মাঙওইরম্মী রাজ পুরোহিত বশিষ্ঠ মুনি অদুগা রামায়নগীনা বিশ্বামিত্রনা ওইবওম অমুম্না লৈবাকী রায়েন থোদাদা মওং চানা নিঙখিনা হোৎনরমবসু পণ্ডিত অচৌবগী মকমদা তোগদবা খবকী ময়মদদি মথক্তা পঞ্চখিবা পণ্ডিত অচৌবগী য়াথং

পাউতাক য়াম্না লৌরম্মী অহুতনা মতম অদুগী পণ্ডিতশিংবু য়ুম্নাক অমম্হুং মখিং ইপল-পন্দনা হায়নরকখি। নিংথৌ মাইবা চিরাইতাংও লৈবাক মাইবা খুরাইতাংও। য়াকম অসিদা ঐখোয়না খঙবা ঙম্নে মতুংদি নিংথৌগী ফননবা য়াখল তৌবদা পণ্ডিত অদুগী অমাইবা অদুগী মকোকী মশম কেন্দুনা চিরাই তাঙলকখি অদুনা চিরাইতাংও হায়না শৈথানরম্বনি অদুগা লৈবাকীদমক অয়া খনা কোয়নবা কোয়চৎ-চত্তুনা লাই খুরুম্ব থৌদৌ লাংদোনচংবদা চৎপা হাকমনবদগী খুরাই তাঙই হায়বগী লৈবাক মাইবা খুরাইতাঙ হায়না হায়নরক্লিবনি। অসিগুম্বা লংইগুম্বা অহল লম্মনশিংদি:—

মৈদিঙু নিংথৌরেল নাংদা লাইরেল পাখংবা সনা হাক্তকা য়াংথৈ পন্দোল লাকপনা পণ্ডিত অচৌবা ওই অদুগা লৈনুং থারুক অশৈবা শঙলেন অমম্হুং কোন্দে খুংচম মাইনা অমাই পুরকখি।

মতুং খৃঃ ৪১৯ দা মৈদিংঙু নাউফংবগী হাক্তকা অশাংবম লাইবনা ওই

৫ শুবা শতাব্দিদা খারম খাদোইনা ওই

৬ শুবা ,, লুয়াং গুরু পুনসিবনা ওই

১২৩৫ দা মৈদিংঙু খুবোমগী মতমদা লাইখুরাম তালিহা নামৈরাকপ খুলোং।

১৪০৪ দা ,, কিয়াম্বগী মতমদা ১। উশব রাখোব
২। নিংথৌজাম্বা

১৫৪৬ " চলাম্বগী ,, অকাংজম মুসিন

১৫৯৪ " খাগেম্বগী " ১। খাগেম্বা অপোই
২। লৈশাং খোম্বা
৩। নিংতোম্বা অকোং
৪। য়াঘেম ফৌগাক
৫। থোংহি মাইবা
৬। কমেং কদিবা

অসি নত্তবা লাইরিক য়েংবা নোংশাদৈ, লাইশ্রবা তম্নু মুশিরা অসিনচিংবা পণ্ডিত কয়ানম্ভু লৈবাকী সেবা তৌরকখি।

খৃঃ ১৬৯৭ মৈদিঙু চরাইরোংবগী হাক্তক্তা লোয়েম্বা খোংনাং থাবা

,, ১৭০৯ ,, গরিবনিরাজ ,, ১। লোয়েম্বা খোংনাং থাবা

২। মোইরাং ললহাম্বা

৩। সলাম সনা

৪। থাইদেম তেম্বা

৫। য়ুম্নাম তোম্বা

৬। লাঙ্গোল লুখোই

,, ১৭৫৫ ,, ভাগ্যচন্দ্রগী ,, ১। দ্বিজ সিতা রাম, লাইরিক য়েংবা হজবা, অঙোম কবিচন্দ্র লাঙ্গোল লুখোই

,, ১ ,, চৌরজিৎ ,, খুম্বোং চন্দ্রমনি

,, ১৮২৫ ,, গম্ভিরসিং ,, ১। পেব্যা,

২। মোইরাং মোইরেন হনবা

৩। যোগিন্দ্র মায়চৌ

,, ১৮৫০ চন্দ্রকীর্ত্তি ,, ১। খুমুজাম্বা

২। শরাং পণ্ডিত

৩। চন্দ্রাম্বু

অসি নত্তবা সাহিত্যগী লমদা সেবা তৌরকপা লোংজাম্বা পশুরাম, ময়েংবম বৃন্দাবন, ওইনাম আনন্দরাম পুর্ণানন্দ অমসুং রাহেংবা মাধবরাম অমসুং গোবিন্দরাম, থাংলেনবা অসিনচিংবা পণ্ডিত কয়ানম্ভু সাহিত্যগী লমদা খোঙদারকখি।

খৃঃ ১৮৮৬ মৈদিংঙু সুরচন্দ্র ,, লাইখুরা পণ্ডিত

,, ১৮৯০ ,, কুলচন্দ্র ,, রাংথৈ পণ্ডিত

,, ১৯১৩ ,, চুরাচান্দ ,, ১। মোইরাং পণ্ডিত,

২। অযাকচাবা তোম্বা

৩। মোইরাং থাবল
৪। তোকপিয়া গুণ
৫। নাওরেমকপা অমুখোম্বা
৬। তর্পন
৭। খুম্মল্লাম্বা
৮। খুলেম পণ্ডিত

খৃঃ ১৯৪৫ দা মৈদিঙ্গু বোধচন্দ্রা ১। নাওরেমকপা দীনচন্দ্র
২। মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ
৩। নাউরেম অমুয়াইমা পণ্ডিত ককচিং
৪। মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ

অম্সুম্না মথং মথং লাকপনা শ্রীব্রাংখেম চাউবী কুলচন্দ্রনচিংবা পণ্ডিতশিংনা সনা কোম্নুংগী অমদি লৈবাক্কী অমসুং লাইগী থৌগল তৌরকখি অম্সুম্না মথং মথং পণ্ডিত লোইশঙ্গ পুদুনা চথরকপনা হোজিকমক্তি শ্রীথুমল্লম্মম য়াইমা সিংহনা পণ্ডিত অচৌবা ওইদুনা লৈবক্কী নিংথৌগী অমদি লাইগী থৌরম থৌদোক কয়াদা শক্তক য়ারি।

মথক্ত পঞ্চশ্রব পণ্ডিতশিং অসি নত্তবা লৈবাক্কী মসুংদা পণ্ডিত-কী থবক্ত তৌরগা লোয়শঙ্গ কাদনা লৈবাক্কী অচৌবা থৌদাং য়রকপা পণ্ডিত কয়ামসু লৈরমখিগনি খল্লি।

---

# 'মায়চৌশিংগী কবিত্ব শক্তি'

ইজবা :— ও, ভোগেশ্বর সিংহ

মৈতৈ লৈবাক চহী লিশিং কয়াগী মমাংদগী হৌনা মুখলিং খুল্লিংদুনা মপী মপা নাইনা, থকশি-খাসি লৈন য়াম্না ঈংনা লৈবাক মরা তপ্না পান্নরকপা লমদম্নি। তোইগুম্বগুং মতমগী ঈরৈরক্তা তাওদবা য়াদবা মরম্না মরক মরক্তা মপী মপা ওইবশিংগী পূকচেল খোয়জেল তোপ-তে প্লবদগী মথক মখা ওনখিবগী মায়ী মাখুল, ঐখোয়গী ইতিহাসতা হেক হেক ফংই। অদুম ওইনমক মপী মপা ওইরিবা নিংথৌশিংগী লমজিংবদি অয়াম্বনা লৈঙাকপদা থৌদাং পুখ্রিম্বা ফমদৌশিংগী মতেং লৌরবস্থু অয়াম্বনা মায়চৌশিং (পণ্ডিত শিং) গী অচৌবা থৌদাং কয়া 'ল। মতৌ অমুম্না লৈবাকী নিংথৌগী অমদি লাইশিংগী মরমদা মায়চৌশিং (পণ্ডিতশিং) অসিনা হেক হেক লাই তাইনবা অদুগা নিংথৌবু লাইবু পেন্নবা তৌরগা লৈবাক ঈংবা মরা তপ্না ওইবা মরম্না চহী লিশিং কয়া অসিদা পানখিবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা অতৎ অকাং নাইদনা পণ্ডিত হ'প্তুনা পণ্ডিতশিংগী পাউতাক, থৌয়ম থৌদা মতুং ইন্না লৈবাকপু ঙ'ক শেম্মরকই। অসি-গুম্বা মায়চৌশিং অসিনা লৈবাক অসিদা অমদি হৌখিবা লৈ-ঙাকপা নিংথৌশিংগী প্রজাশিংগী থৌরম থোদোক কয়াদা ঙাক শেনবগা লোয়ননা লৈয়কখিবা মায়চৌ (পণ্ডিত) শিং অসি মথল মখেলগী ওইবা মায়চৌ কয়াগী অবলান থম্লমী। অসিগুম্বা লৈবাকী নিংথৌগী অমদি প্রজাশিংগীদমক মপুন্সি লেন্দুনা পুন্সি পিথম্নখিবা মায়চৌগী মকমদ তুংদা হৌরক্লিবা ঐখোয়না মখোয়গী মমল্ য়ামবা আত্মাশিং অদুগী মকমদা তৌবিমল উৎপগা লোয়ননা ইকাই খুম্নজবা উৎপা হায়বসি তৌদবা য়াত্রবা ইথৌমক্নি। নিঙশিংবিবা মাই মতুদি ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাকী মায়চৌশিংনা ইতিহাসতা, ধর্ম্মগা

মরী লৈনবদা, তিনশোল লাইশোন্দা থোইদোক হেন্দোক্ল' সাহিত্যগী থৌদাংদা মমল য়াম্লবা অবদান কয় তোৌরকপুম্ব' ভারতকী অমদি ভারতকী রাংমদা লৈথিবা অচৌব লৈবাক কয়াগী কবিশিংগী চিন্থ্ংদগী লৈরক্লবা শৈরেং পাউতাক রাংই রাভা থুদিং হোঁজকী ঐথোয়গী মতম অসিদা পোক্লিবা মীওইনা মখোয় মখোয়মন। ইরম্বশিং অহ লৈনবা নত্তনা অনৌবা সাহিত্যগী অবদান কয়। পুথোক্লবা। ওমদ্রি মরম অমন। পৃথিবীগী ওইনা হায়রবদা হোৌজক অসি সাহিত্যগী অনৌবা। ঈচেল লপশ্লে। থায়নগী অহল লম্মনশিংগী সাহিত্যগী উপালদা মখোঙ শোৌঘজবতা মঙায়রে হায়নবসিমক অচুম্বনি লৌনিংই। মরম অদুনা থাইনগী থোদাং চাউনা পুবিরকখিবা মখচৌ শ'না শৈথারোল্দা হৈ শিংবা, পায়শল্লগ থূদাপ ফাব শন্দোক্লগা শরা শনব হায়বা মোইরাং থোইবীগী ইরফিদা প্রধান তোৌরম্বগুম সাহিত্যগী লম্বীদা থাংজিল্লম্বা খোথাং কয়া অসি উরগা অমদি পারুরগ ঐথোয়না ইঙক নোন্দব ওমদে। অদুগা মখোয়না থারম্বা শৈথারোলশিং। অসিদা নত্তনঃ তুংদা থোক্লকদবা থৌদোক রাথোক্লা মতমগী রাকম অদুগ। রাথম্না লাম্বদা রায়গদৌবা কুপ্পবা পৌরব। তেংবানবগী মপুগী শক্তি'শংগী মরমদা শৈথারম্বশিং অদুগী মনুং ছজিনবা রাকম অহ থম্নুবদা থোইনা হেম্না কোক চৌকপা কাওরকপ রাকম ওাক্লা ওই। অসিগুম্বা সাহিত্যগী নিঙথিরবা ফিজেং লৈতেংনা যোম্লবা সাহিত্যকী লোন্দানা থল্লবা লাইরিকশিংগী মাময় মথাদি পঙ্গবা য়াই। লাইরিকশিং অদুগী মপূং মপূং ওইবা রাকমশিং অদুদি মতাং অসিদদি অধ্যায় য়াম্না চাউত্রব ন। অদুনা মামং থরদং পঙ্গরগা মহুগী মনুংদা য়াওবা সাহিত্যগী শৈথারোল ওইন থরদং লৌথংচগে লাইরিকশিং মহুদি:— পাম্বোইবী খোঙ্গুল, লুংবাল পোম্বী লুরাউব, লুমিৎ কাম্না, খোংজোম নুবী নোঙ্গারোল, নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা, নিংথৌরোল লম্বুবা, মোইরাং লম্বুবা, হিজন হিরাউ,

হিয়ানলোন, ফম্বাল শৈথা, থরানথাবা হিয়ান, হিরোন, ভখেল ওম্বা, শমন-জোক ওম্বা, শিজ শমজমনি অমসুং খাহী ওম্ব অ'সিনচিংবা ইতিহাসকা মরী লৈন-লৈননা ইরম্বা সাহিত্যগী লোন্দাশিংগী শৈথারোল পারুরগা থোই-দোক্না ওক্কবা ওমদে। মতৌ অসুম্না চহি লিশিং কয়াশিগী মমুংদা লৈবাক অসিদা ওটখিবা থোকখিবা অবা অনাগী, অকল অথোৌশিংগী সুংশি সুংওনগী ওইবা রায়ী পরেংশিংদা অরিবা রাহৈগী পাউরৌ পান্থৈনচিং-বনা নাচোম ওইনা থেংলগা শাগৎলম্বা সাহিত্যগী লৈরাংশিংনা লৈ-কোম্বা নিওখিনা শাংলক্রবা মতমদা নোংলৈ সুংশিংকী অকনবা ঈ-ছুন লাকপগুম হিন্দু ধর্ম্মগী ঈথিলনা শাফু করা ফুজিল্লক্রবসু লেপখিদে অভৎপা লৈখিদে ঐখোয়গী সাহিত্যগী শৈথারোল। অসিগুম্বা সাহি-ত্যগী শৈথারোলদি অঙকপা ফংনা পাক চাউনা শয়া লৈবাক অসিদা লৈরকখি মতুনা ঈমদিংগু সার চুরাচান্দ সনা হাজক কাওবা অ'সদা শৈথারম্বগী রাকম উক্লবদা ঐখোয়গী পূজা তৌজরিবা মায়চৌশিংবু ইকাই খুম্নদবা ওমদে। অ'সগুম্বা প্রমান পান্থৈ ওইনা শিজিন্নবা রাহে অরিবা লে'ন্দ'দা নত্তুনা ভশেংনা মিংথোল ওইনা পিবা হায়নরবা রাকম অমত্ত' লোথৎতুনা য়েংবা ভাররবদা সুমিৎ কাপপা হায়বা ঐতিহাসিক, সাহিত্যিক ওইবা লাই'রক্তা নিংথৌবু লাইরেন ভাউদনবা হায়না থারিবা শৈথারোলসিগী মমুং হুনজিনবা রাকমত্তু য়েংবা ভাররবদি ভশেংনমক হেনগৎনা হায়গৎপা রাকম ওইদে। হেংবানবদা লৈ'রবা থরাই পানবা অচৎ-চম্ব লৈরিবা পুম্নমক্তা সুমিৎকী মথৌজায়া অচান মীরায় নাইদনা মাগী মঙাল মশেক পীনবীত্তুনা হিংলি, অচৌবা অ-পীকপা, ইনাকখুনবা লায়রবা থায়দে। মতৌ অদুগুম্না নিংথৌনা লৈবাক প্রজাবু মচা মনাওগুম চুংশিনা লুনা চায়া য়োক্লরবগী ওাকপিরবগী থৌওং লৈয়রবা মরম্না সুমিৎকী মিংথোল অদু নিংথৌদমু থোরি। অরাংবা অভিয়াদা থোক্লিবা সুমিৎপু লাইরেল ভাউমনা থোরক্না অসিমক খুংনা পোকদবা চহী কয়াগী মমাঙদা লৈবাক অলিম্না পান-

খিবা নিংথৌবু অমদি ময়ামুং ইবুংঙোবু খো বিরবা মিংথোল অমু লৌখচ্চগে :—

য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবা ॥
তাউরোই অঙানবা ॥
মালেম লাংচখৈ অখৈবা ॥
মুমিৎ সনা খোম্মতোন অতোনবা ॥
থপী সেনকোয়রেন অপানপা ॥
য়াংলেন চারং খোয়পুংসেন নোংসাপা ॥
মশাপী তাউহুইরেং অহনপাপু
লাংলেন কোঙয়াং য়াপীহল
চৌংপল খোমরোল অঙনপ ঙয়া সাংখপা .... ॥ লাঃ ৫

নিংথৌ ওইরব মনাউনিপাবু য়েইময়াই লাইরেল তাউদনবা অদুগা ময় য়বুনা মস পী তাউহুইরেং অহনপাপু অসুমা শৈথাদুনা সাহিত্যগী লমদাংদা নিংথৌদা মুমিৎপু উপমা তৌরম্বাসমক সাহিত্যগী লমদগি সত্যম, শিবম, সুন্দরম হায়বদু হেক্লিনবা য়াকম ওইদে। মতৌ অসুমা মথক্তা পল্লখিবা সাহিত্যগা ময়ৌ লৈনবা লাইরিক ওইনা ঐ-খোয়গী মাঙদ হৌখিবা মায়চৌশিংনা সাহিত্যগী লম্বী লমদা দা অচৌবা খোদাং কয়া য়াবরম্বগী খুংকম মথং মথং অসুম চত্থরকপনা ইনিংথৌ সার চুরাচান্দ সিংহক্তা (কে সি এস আই বি ই) গী সনা হাক্তা রামানন্দ সিংহ মোইরা খেম্বা পণ্ডিত অচৌবগা য়াংঙম অশৈ তেংথাশঙগী নিংথৌজাখ মৈনো সিংহগা লোয়ননা লোয়শঙদা খোগল তৌরিদে। মাঙগী নিংথৌরোল কয়া হৌখিবদসু নিংথৌ খিংলেন শিদবসু লৈতেনবা পুরান লাইরিক চলহল্লি। নিংথৌ ঐগী ইহাকথক অসিদসু কে লোয় খিংলেন শিদবা য়াইফা মথোই তোংনা য়াগী শৈথা পরেং শেদও" অসুমা সনা য়াথং হায়দোক্লরবদা মখাগী অসুমা শৈথারম্মী :—

লাইরেল মৈতেংঙু নাউখয়াং অতোনবদি লাইরেল নারা মখুতৈ

লোইদাম কুমশিং ৫ তা মঙাইরিবৈদা মপল মৈতৈলৈমা ইরাংলোন সমংদ্রাষ্ট ওইনা থোকুমী, ললিত মাগা লোইবী ওকলু ঙম্বীগী কৈরা তাঞ্জিথক্তা অমৃত খে মাং লাইজ মায়য়ে কুবিরবৈদা লাইরেল কংলৈ পুংমায়োন তিল্লি লিস্ত উয়েন লাইরেন তাউবোইনাহগী তুবী চিনকোর য়াকংজুদ উমথ নিংথৌ য়োইরেনবঃ ওকপত্ত শঙলানচান থাংপক য়ি-তাশঙ তুবী কোকচাম লুগামশঙদা হাকোকপা পিথ্রাগবী অশেনবী খোমদ্রাইবী অশ বী মবেল চাথা খোংজোনসুনা কৈরা তান্দা থোং থচাই লেংলোইচ্রপ চিনসনা থম্বাল চিল্লে কুনা য়াংলৌ লমচিনপানকী মপু মিংবু মিংথোনপুংদ থাকী ফিরাংচু ফিরাংচি তুনান পুমচৌথকতা ফাউংতা পন কদ নাউ য়ব.কন করো মক্রতাউ চাইরেন থাউনীক-সুংগী চিথোইরব.কান লমানিং তরং কোনমাচং তানথি উংফুলসুংগী ফুদোং মৈগাঙকোন চোয়লৌ সনা কোনমাপাকতা লাইরেল কোলোয় মমিং টনা লিক্লাই কোলোয় মিংথোং কথা শ্রীশ্রীযুক্তা চুরাচান্দ সিংহ পোইরৈ মৈতৈ নিংথোরেল ও হায়না লাইরেল কোলোয় মিংছনবনে অসিদা নত্তনা হৌজক লৈরিবা শঙ্গায় অসিগী মর দস্থু শেথাবিরম্বা ঐখোয়গী মায়চৌশিংগী কবিত্ব শক্তি। অদু পাকরগ জাত অতৈগী কবি-শিংগী কবিত্ব শক্তি অদু করিমত্ত নেংপ্তে হায় নংই। শৈথারোল অদু মতেক অমত্তং লৌখচ্চগে :— মৈদংত নিংথৌরেন্দ্র পানবা কৈশিঙনেন লাংকোই শায়াম উন, থিংলো থরোনপু য়াঙরৌ শায়াম ফাবরু মসিঙ থীঙমদবা, মচি চর ইবা য়িমচংলাং, কোরৌ কাপথলাং, মালেম তমপাক লৈরোনফাওবা তেনগুম্বা নিংথৌনে। ময়ু নিংথৌজা মমাঙগীনা সনা দোলান শাজুনা, সনা শঙ্গায় ওইবরু তানফংদারিবৈ, লাইরেন সনা মহাকথক্তা, মরম লমলেন মদাইমা থুরাই লম্মথা, য়াইস্কুল লম্মথৈ, কংলৈ পুংমাথা, রাংথৈ পনমরুং, রাংথৈ কোংবা থিকুথনা থুন্দারাই, লেমলৈ ঙাকাপুং, রাংথৈ ঙাপৈথেল, লমলেন কৈতেনবী লমকারম চাথাবা তোরৈথেক, মহু মোংবহনবা তপা উয়োককোন, নোংয়াই খোয়-

ম্না চন্দ্র নোঙ্গারাই, খাবা নাতা শনজেনখোং, লমলেন অপোং টংখোল লেমবু ঙমলোননানা, অঙোবা পুবেরোম্বা চৌংঙ, পুরাং নাকাবা, খোই-মোম য়াইবী একহোগী অমম লৈশা হাল্লকপা মকাইকম্বু ঙমথক্না খোইমোম অয়াংলৈমা কবোক চাইবী, লোইদাম কুমদম্বী, চৌংঙু কুমমাবী. য়রমখৈবু নাতৈনানা, লংমাই অচোং য়িমলেনবা চন্দ্র, লংমাই পিঙংঙা লিকলু লৌথীবানা, খোদ্রু সুংতুম্বা, পানবী মশুং মানববু. সমু নমদা পোনা, পোইরৈ খুনকুম্লকপদা অরা পোথ পুং থংদু স্নংপৈখেল, পুংলেন মখুৎকা রাক্রমপম্হোংখা, রাংখৈ লানকোক পাম্বা. মকো শায়াই চেনবন কোইজবা মরমখৈদা, লাইরেল সনা য়োইকোপুং কোপুং সংরু অচনববু লয়মা শানশেম্নবগা, লাইরেল য়ে য়শঙ্গায়, শঙ্গায় কোনপোয় মুংলাংপান অতেং শঙখুৎশ. হেকঙাই শঙসুংওল, পেঙ্গি লানচাই শঙ, হুয়েল লয়হকপী লয়ৎকপ. ফানাশঙ মদাংরেম পাঞ্জি গোনোক শঙহেবা পণ্ডিত মকোই পাঙউনিংশিংব, ব্রহ্মান রতন পুম্নমানা মাহেন্দ্র পুংজাখল খেনলেন মতম য়েং, অমৃত পুংঙ্গেয় অথুম্বনা লেপলিঙৈ, সঙ্গায় সনা দোলান চেকখোঙহৌ, নোংপোক খাকী নাহা শিলহৈববু খোইনা হৈ-খোইবা মদাইরেম নাখাঙ শিলহৈখোইবা মিৎয়েং নানিজোঙবা, মহৈ শিন খোইবনা পরিং লাংশংহুন. চুপলেন পনখৈ য়ুং মালেম পথাপ লয়মিয়াৎ মায়কৈ ৪ চিখেক ৮ সুংনাই ১৬ মাকী শঙ্গায়গী কায়াৎসুং ১৬ শুনা য়াৎলবগা কায়াৎ শুংদাই ১৬ মাকী মালেন লয়কম লো, খাকী চেকখোঙচল পোইরৈ শিঙখাই ৬১ মা য়াংলেন পুংজুপ ৬৪ মাকী, শঙ্গায় দোলানগী খোঙলেন ৬৪ শুনা ফাৎপা. মিহুৎ মশীং থী-জমদা, ভেৎনৌ য়োৎন য়ুম্বী ওই, য়োংকী পোয়োলপী য়োৎপী হুইগা থা খৌত্র সুংখোংচন, মনি মিংলেল থিনবম্মা, চেংলৌ মিংপু লংবা, শঙ্গায় দোলান চিখেক ৪ মাত্রা মায়কৈ ৪ মাকী ফুক্না লাইমিমশা, চোয়নৌ লমাগী চেঙঙম নানৌখিল চোয়নৌ সনা মহি চেল, লুপামহি পুক্না লুপ, লাকথাং মনুং মপ ল নাইবা, খাবা খোঙরাই মশীংসু, সনা চিয়োঙ য়ায়ালশা, নোংমদোল লাইরৈবাকী মতমগুম শঙ্গায় দোলান মথক্তা,

লাইরেল মৈতেংঙুগী মালং হকচিকলাংনকম, চোয়ানা সনা তাঙবল থা থবানা কাংথোল য়াইরী পাবল্থকত কাত্রংগী ক্রাং যোন্দুম যোক্তক থ', মূগা লংগী কাংথলগুংদা, লাইরেল অঙৌবনা মমৈবু ময়ামা চীক্ল লৈবঙুম, লাইরেল মশিঙ তন্না য়াতাশঙ লাইরেল মৈতেংঙু তাউ-থমলাং থমলাং অতোনবা লিক্লাই সনা মপাম্বোম্না তংউথঙশঙ যোইত্রি শিংলি পাকলশঙ, ফুইন্দ্র অক্লা মিতমশঙ, সেনবী উপাইকোন, পাই-কোন লময়ু'শিগী চেকলা ৬৪ মানা মচেং থোনলক্লনা য়াকাশঙ, য়াকা পোংপৈশঙ, ইঙ্গ্রী লয়মায় শীৎপা, সেয়ৈ মখোঙ পান্দবনা চঙশিল রাই, মুংবী মশা পাঙবনা পাইশিনরাই, মীয়াইমানা চঙঙমদা পোংলাই-মানা য়ৌঙমদব, পান্বনা লৈবা লোককুম শোঙকিনা, কৈরেম্না লৈবা লে'কুম শোঙকাঙবা শঙ. থোইয়ম লাইগী শিলহৈবা, চীংঙু বিশ্বকর্ম্মা খূংহৈবনা শানশেম্ব', চীংঙু ইন্দ্র সবারেনগী, থোইয়ম লাইরৈবাকুম নিঙথি পূকনিং হুবা শঙ, নোংদ্রেন উনবী পূকহুশঙ শঙ্গায় দোলান মুংঙাইববু তানফংবনে"।

মতৌ অমুম্না হৌজিক লৈরিবা কোয়ুং অসিগী মায়কৈ ৪গী লমমিৎ থারগা শঙ্গায় অ'সী কাখল মওং মতৌ থোঙ মিহুৎথোং অমস্থুং সিড়ি অদুগা মথক্তা মায়কৈ ৪দা লৈরিবা দলান মচা ৪ ন'চংবা পূম্নমক্কী য়াম্না কূপশিনবা মিৎয়েংগা লোয়নন' থারিবা শৈথারোল অসি উরগা ঐখোয়গী মাঙগী চহী চা লিশিং কয়াদা সাহিত্যগী থৌদাং চাউনা পুবিদুনা তূংগী নাহারোলগীদমক কৈরাক থাবিরম্মী হায়বদু তশেংনা থঙবা ঙম্মি। অসিগুম্বা শৈথারোল অ'স করিগুম্বা চীংপাৎ তূরেল্ লৈ, অসিদ নত্তনা করিগুম্বা পোৎলম অমদা শৈথারম্বগী য়াকম অঙকপা কুংনা লৈরবনি। মহু থুমগায়রগা কদায় কাওবা মনুং হুনজিন্নঃ কূপ্না য়েংশিন্দুনা শৈথাবিরম্বনো হায়বহু নৈনবা থম্নবা নত্তনা অনৌবা শৈথা-রোল অমা অমুক পুথোক্লরক্তি হায়বা য়াই। ময়ম অদুনা মথক্তা

পঙ্খিবা সাহিত্যগা লেঙ্গোম্নবা ইতিহাসকী শরুক ওইবা লাইরিক্কী মখল কয়াদসু মশীং থিজ্জদবা সাহিত্যগী নিংথিরবা য়াইফেন থল্লবা য়াকম কয়া লৈ। অসিগুম্বা সাহিত্যগী পুক্কৈদা লৈরিবসি থক্তিক্কুং-য়াহৈনা চাউরবা য়ারী ফুম্বা মখলগী সাহিত্য অতগা অপিকপা পোং-লম অমবু য়ারিবমখৈ শাংন্নোক্লা লৈথাবগী শেরোন পুক্কে থননা লৈরি। পুম্নমক অসি ঐথোয়গী ইকাইখুম্নজফম ওইরবা কৌব্রবা মায়চৌশিংগী অচৌবা থৌদাংনি। মরম অদুনা ওসিগী মায়চৌশিংবু নিংশি পালন ও শুবা চহি অসিদা মহৌশাগী মতৌগুম্না পাওথোকপা ওমজনবা হোংনজরিবা "ওল মণিপুর উমং লাই হংগাউবা কমিটি"না নোমজরিবসি হেন্না চহি চহিগী মপুং ফানা পালন তৌবা ওমজনবা ঈশ্বরদ প্রার্থনা তৌনরি।

---

## মাইচৌশিংগী নিংশিং নুমিৎ

ইরবা :— এনজি, কুলচন্দ্র সিংহ

লৈংশেগ ওদগী হৌনা নিংথৌবু শেন্দ্র, লৈপাকপু শেন্দ্রা মপুন চিঙউ, মরম্ম খোইয়ুম মমাইবা হায়কসি শেমলগলবনি মারজংন মাইবা শে ইশং লিংলমই। অসুম্না মিত রকপদ লোইশং অসিবু মাইবা লোইশং হায়না মিংথোলখি লে ইশং অসিদা মকোক ওইনা লৈবাক্কী নিংথৌগী থৌপুরকপ অদুবু মায়চৌ হায়না খংনৈ। ৩না পুবা ৫না পুবা ৭না পুবা মতমসু লৈখি। মথাদ থৌপুরিবাশিং মতুদি য়োইরেন, চক্রব, হিদং, অমাইব অসুম্ন মীং কয়া থোললি। অসুম্না লৈবাক্কী নিংথৌগী থৌ পুরকপাশিংগী মমুংদা মাইচৌ হায়বা ফমথোন অসি ফংখিবশিং অদুগুম্বা মীওয়শিংদগী নিংশিং নুমিৎ ওয়না খংনবা য়াহৈ ওইনা তৌই হায়না কনাগুম্বনা মিংথোল অসিগী মতুং ইন্না থনবিবা

য়াই। অদুবু থ্রৈখোয়না পাংখোকচরিব থবক অসিদদি মাইচৌশিংঅদুগী মথাদ অশৈবা, অমাইবা, য়োইরেলনচিংবা মমৈথংদ শংখাইবদোকখিবগি বাকগন্থু পুন্নমকন কেন্না থংনবিরবনি। মাতুদি মাইথরোললাইশোল লাই রক্তন্থু অদুম য়াউরিবনি। নোংদা লাইরেল পাখংবসিমাইবা কোন্দে নাকথং মাইবা হায়রিবা মাইচৌ, অসিগী মথংদ রাংথৈমাইচৌ অমুম্ন মথং মথং নিংখোরোল থুদিংগী লাকপা মাইচৌশিংঅসিগী মিং মথং মথং ওয়্রন কায়দন লাকপান হৌজিক হৌজিকী মতমঅদি ফাউবদ মাইচৌশিং অসিগী থুক্কম ৈথৈতে কহুৎপি মখোৌ তাঙ্রনলৈরকালব অসিনি লৈপাক অসিগী লাইনিং লমচং ওল্লকপা মতংদাখোকলুবা মাইচৌশিংদি য়াম্না রাখিবগি রারি মৌয়াম্না হেন্না থংনরি। নাউকোংবগী মতমদ অশাংবম মাইচৌন কয়াদ রানা হোৎনখিবা। খংগেম্বাগি মতমদ মাইচৌশিংনা কয়া রানা থাংখিবা। গরিবনিরাজপামহৈবা স্নাহাকথক্তা পৌরেম্বা মাইচৌনা কয়া রাখিবা ইনক নকনাখোংজোমগি লালকম লোইয়কপদা মাইচৌশিংনা কৈকস্থমশংদ খোংদাখিবাআসন'চংবা লাইগী নোংদমদগী অরাব কয়া কয়াবু শরুক য়াকখিবাপুমিৎ চুপ্পা মশাগী মখোৌ হোৎনদনা লৈবাক্তদমক্তা হোৎনজনুনা মপুন্সলেনখিব মাইচৌশং আস শিংথাহুনা লোইবা নাইত্রবনি। মখোয়গীতোবিমল অসি কনানস্থ শিংথাবিত্রবনি। লাইগী মখোৌ লাই হয়াউবা, শরোই থাংবা লমদাইবা। উশিল শিনবা অনাবা য়েংবা, কোংবালৈপোং ফগৎপা। কুমজন অসিদ নৎতনা লোকতাক মমাইদা কুমহুনাফুহিং লাকপা স্থগ্ং পুংখোংথিংবা নোংলুম নোংনাউবি থৌনিবা, পুকশ্রি থৌনিবা অসিনচিংবান কুমজা থুদিংগী শিংশৎপা শিংগাইবা, অসি মাইচৌশিংগী মপুনশিগী মখোৌনি। অসিদস্থ নৎতনা নোংমানোংমাদা থোকখিবা থৌখোকশিংবু তুংদা থংহৌনবা ইশিল্লম্মী। লাইগীবারী কয়াস্থ মশিং নাইদনা ইমি উমং লাইগী ৩৬৭ গী লাইরোলশিংকায়বা তুংগী থংহৌনবগি দমক্তা লৈশেম তৈদগী লৈরকলবা চিংশিং

অসিগী য়ারী চিংলোন লাইছুই। লোইজিং চিংগোইয়োলনচিংবা চিং কয়াগি য়াবী লাইশিংনা কোয়ৌ মালেম শেমলম্ববু ইশিনবিরমই। অসিগুম্বা মাইচৌশিং অশিবু ঙসি য়ারি শানবদ নত্তনা থোদোক ওইনা মাইচৌশিং অসিগী কয়িগুম্বা শিংখানবা য়াবা থৌরম অমত্ত পাংথোক-পিরকপা লৈত্তবনি লৈপাক অসগি ইতিহাস অমসুং কলচরবু মাংদনবা নিংথৌ পাল্লবসু পণ্ডিতশিংনা থিংজুনা থম্মীরম্বা ইপোৎ ইরন ইজাতিগী ওয়বা চৎনরোন লাইরোন অসিবু ইবিরম্বা মাইচৌশিংবু ঐখোয়না ঙসি মতিকচাত্রবা পিক্লবা থৌরম অম ওয়না মাইচৌশিংগী নিংশিং নুমিৎ হায়না পাংথোকপিনবা হোৎনবিরিব ওল মণিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটিগী প্রেসিডেন্ট অমসুং সেক্রেটরি কমিটিগী মেম্বরশিংবু ঐনা হয়া। হয়া থাগৎচরি মকুদসু অসিদগী হেয়া চাউরবা থৌরম ওয়না পাংথোকপিরক'খগাৎ হায়না নিংতিং মস হায়রগা লোইশিনজরে।

---

## থা.১২গী ওইনা চাহৈদবা চিলহৈদবা পোৎশকশিং

অইবা:— শ্রীএম, ইবোতোম্বী সিংহ
থাংমৈবন্দ লাইজিং উমং

১। শজিবু থাদা-লফুথরো, ফুনিল লাহদা কৎপা অমদি চাবা তৌহৈদে। লাং মত্তোন চিলহৈদে।

ফল:— পুরুং য়াই পাঙল অমদি কুচু মাংই।

২। কালেন থাদা:— লোকলৈ, পুলৈ, য়েংখুমান লাইদা কৎপা চাবা তৌহৈদে। কোনবীরৈ চিনবা তৌহৈদে।

ফল:— পাঙল, কুচু-মাংই।

৩। ইঙা থাদা :— কোনপ্রেক চাহৈদে। শংহৈব্রং হৈপাকহৈ চিলহৈদে।

ফল :— হায়া থুংই।

৪। ইঙেন থাদা :— য়েনপৎ, ককলা, কোমোন চাহৈদে। হাঙহৈ, থরো চিলহৈদে।

ফল :— য়াথোক, য়ায়ামউ। ঈশিংগী লাইথুং পকএ।

৫। থরান থাদা :— লোকহৈ, পুহৈ, কোথা চাহৈদে। য়েরুমং হৈ থরো চিলহৈদে।

ফল :— উশালাই লাইথুং পোকই।

৬। থরান থাদা :— পানথোক, য়েনবুম, ভেকতা চাহৈদে। উরিহৈ, মুংসাহৈ চিলহৈদে।

ফল :— পুকলাই, লমছুন পোকএ

৭। মেরা থাদা :— মাংয়েন মভোন, ভোকনিংকোক চাহৈদে। থারম হৈসোক, পেত্রুকহৈ চিলহৈদে।

ফল :— শিংলি শোয়া পুকী লাইথুং পোকএ।

৮। হিয়াংহৈ থাদা :— হলাম, পেরুক, উয়েল লাবা চাহৈদে। সুমিৎহৈ চিলহৈদে।

ফল :— য়ারী, হৈথা শোকএ অমদি চবুমলাই পোকএ।

৯। পোইন্থু থাদা :— শেবোং, শেবোংলিমানবী চাহৈদে। লাংথৈ চিলহৈদে।

ফল :— য়ারিদা, চবুমলাই পোকএ।

১০। য়াকচিং থাদা :— উশোই, শোইজিন, ভেংনৌমানবী চাহৈদে। হৈরি, হৈশং চিলহৈদে। লাইনা তাথি, শাঙানা শাওই।

১১। কাইয়েন থাদা :— কৈজা, ককচেং, য়েনপৎ চাহৈদে। ম্যাহৈ চিলহৈদে।

ফল :— অহোয়াই থুংএ।

১২। লমদা থাদা:— হৱাই থাংপাকপী, কেড়োই চাহৈদে। নোংপোকৈ. লাংথৈ চিলহৈদে।

ফল:— লমশি শি, ফুগামগী লাইনা পকএ কন্নীৱাই হৌএ।

NB:— মুপা ওইবশিংনা থাইনা মমাংতৈদা চাহৈদবা চিলহৈদবা, য়েংহৈদবা, ভৌহৈদবা থবক খুদিংমক ভাক্লা চংনৱম্মী। মৱম অতুনা মখোয় মখোয়না তৌৱকুবা থবক খুদিংমক্তা ফল অৱেম্ব তাদে কল্লে, তৌহৈদে হায়রিবা থবক খুদিংমক্তা কুপ্পা য়েংশিনবা অমদি নৈনবা চুমই। মৱম থংদনা অন্ধবিশ্বাসনি হেক্ত হাইজিল্লিবা মুপা, মুপী অদু মকোক য়াওরবা শানি।

সম্পাদক:—



**Office of the Manipur Raj Pandit**
**Loyshang Manipur Palace Imphal.**

No 48/MRPL/72 Imphal March, 16 th '72

To

The Registrar,
Co-Operative Societies, Manipur.

Sub :— To de'ain registration of any organisation concerning With UMANG LAIS of manipur in case if prioɹn recommendation and approvals have been received from the Loishang & H.H. Maharaj of Manipur.

Sir,

I have the honour to write you that you know well that H H. the Maharaj of Manipur is the head of the customs of Manipur having kept all the proceedings of the customs of Umang Lais Under the disposal of Maiba Loishang, and uptil now the works of the coustoms are in and under pisposal of the Loishang. Now from reliable source if is coming to hear that some one with forming a party in the matter of Umang Lais of Manipur is going to have registration under your kind disposal, and in case if registration be done, and allowed it is seen to disorder in the affairs of the coustoms.

It is therefore you are requested to detain registration of any organisation relating to Umang Lais and Manipuri coustoms in case if the party is not received prior recommedation & approvals from H.H. the Maharaja and Manipur Raj padit Loishang.

Yours faithfully
Sp / Iboyaima Singh
Pandit Achouba
Manipur Raj Pandit Loishang manipur palace
Imphal 16 th March 1972

No

Copy to :— His Highness the Maharaja of Manipur for information and necessary action,

Sd / — Pandit Achouba
Manipur Raj Pandit Loishang
Manipur palace Imphal.

IN THE COURT OF THE REGISTRAR, CO-OPERATIVE SOCIETIES, MANIPUR.

Registrar, co-op Societies, Mise case No 3 of 1972

Shri Iboyaima Singh, Pandit Achouba of Manipur Raj Pandit Loishang, Manipur Palace

Applicants

To V. S.

(1) Shri Moirangthem Chandra Singh President the Proposed All Manipur Unang Lai

Haraoba commitee, Khongman.

(2) Shri Ngariyanbam Kulachandra Singh, Vice President, the proposed All Manipur Umang Lai Haraoba committee, Akham village.

(3) Shri Khulem Chandrashekhar Singh, Secretary, the proposed All Manipur Umang Lai Haraoba committee, Naoremthong.

Whereas the adove named applicant has field objection petition requesting not to grant registration of your proposed committee, you are hereby required to appear in this court in person on the 24th day of April, 1972 at 10 A.M. in the fore noon to answer the claim and further you are directed to produce on that day all the documents upon which you intent to rely in support of your defance.

A copy of the memo of Application is enelosed herewith for yonr Information.

Take notice that in default of your appearance on the day and hour here in before mentioned the case will be heard and determined in your absence.

Give under my hand writing and seal of the court, this the 18 th day of April, 1972.

Seal

Sd/—

Registrar,

Co-operative Secieties, Manipur.

NO Orgn/SR/72/22
Govenonment of Manipur
Office of The Registrar of societies Manipur.
Imphal, the 31st May, 1972.

To

The Secretary,
the proposed " All Manipur Umang Lai Haraoba commitee" Paona Bazar, Imphal.

Sub :— Deposit of Mony.

I am to inform you to deposit a sum of Rs 200/ ( Rupees two hundred ) only with the Manipur state co-operative Bank Ltd. as a fixed deposit for periot of at least Six months consideration of registration of your proposed commitee.

Registrar
Societies, Manipur.

Memo No orgr/SR/72 Imphal, the 31st May 1972.

copy to

The Manager,
Manipur state co operative Bank Ltd. for information and necessary action.

Registrar,
Societies, Manipur.

---

সম্পাদকনা ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিগীদমক্তা লোন প্রেস শীংজমৈ ইম্ফালদা নমহনা থোকপা।

কপি :— ৫০০।